# মহাও হুম্ফুমরীগী ৱারেং

থৌদাম কালাচান্দ সিংহ



মানব সেবা

জগৎ শান্তি

পামজবা।

ফোঙজবা – চান্দ ফেমিলি (অইবগী মচাশিং অমসুং মশুশিং, মিংগী মমৈদা চান্দ তাবা ঙাক্তা)

[অইবা অমদি চান্দ ফেমিলিনা, মণিপুর ষ্টেট কালা একাডেমিবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎ ব্রাহৈ ফোংদোকচরি। একাডেমিগী Order No E-5/2/7-MSKA (Pt III), Imphal, the 22nd April, 2000 গী মতুংইন্না পব্লিকেসন সবসিডি পীবিবগীদমক্তসু পুনশি চুপ্পা কাওজররোই।]



| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | – | আগষ্ট তাং ২, ইংশোক ২০০০। |
| লাইরিক মশীং | – | ৫০১ |
| মমল | – | লুপা ৫০/- |
| লাইরিক ফংফম | – | চান্দ ব্রাটচ (ঘড়ী শেম্ফম) দুকান, খুরাই থৌদাম লৈকাই। |



*নম্ফম – পৃথিবা প্রেস কম্পুটরাইজ, খুরাই লমলোং বজার, ইম্ফাল।*

# "মহাও হুম্ফুমরীগী ৱারেং"

## *কৌবা লাইরিক অসিগী মরমদা ঐগী মত খরদং*

শ্রীথৌদাম কালাচান্দ সিংহ (নেসনেল এৱার্ডি) – ওজানা ইবা লাইরিক "মহাও হুম্ফুমরীগী ৱারেং" হায়বা অসি খূৎই ওইনা লৈরিঁঙৈদা পাজরে। চহি য়াম্লবা অহল ইবুংঙো অসিনা পুন্সি চুপ্পা ওজাগী পুন্সিদা লেল্লকপা অমদি মখল কয়াগী লাইরিক লাইশু পারকপনা ফংলকপা লৌশিং ময়াম অদু লাইরিক ওইনা ফোংদোকপীরকপা অসিদা ওন্থোকনা নুংঙাইজে। অমদি লাইরিক অসিবু পারুবা মীপুম খুদিংনা লৌশিন্নিংঙাই ওইবা পাওতাক কয়া ফংবিগনি। ইরাংজি পাওরৌদা হায়বা লৈ :– "Man does not live by bread alone, he requires something else." মীওইবা ঐখোয়না হিংলিবসি চাবা ফংবা ঙাকনা হিংবা নত্তে; মীওইনা হিংবগী অমসুং মতম কুইনা পুন্সি-নুংশাংননা লৈনবগীদমক পুন্সিগী মহাও খরা চংঙি। হায়বদি পুন্সিগী লৈনবগীদমক পুন্সিগী মহাও খরা চংঙি। হায়বদি পুন্সিগী মহাও য়াওরক্তবদগী Suicide নচিংবা তৌদুনা শিখিবা নত্রগা নেশা চাদুনা পুন্সি লেনবা মী কয়া থোকলকই।

ওজানা হন্দক ইরকলিবা লাইরিক অসিনা তুংগী লাক্কদবা নহারোল কয়ানা চোইজানবা ৱাখলগা লোয়ননা লেনফম খঙদবা পুন্সি অমা লেনগদবদগী সোয়দনা কনবা ঙমগনি হায়না ঐনা থাজজৈ। অমুক্কা হন্না ওজা ইবুংঙোবু থাগৎচরি।

শ্রীঅখাম রোবীচন্দ্র সিংহ
***Retired Principal***
Modern College, Imphal East.

# ৱাহৌদোক

হরে কৃষ্ণ ! হৌজিক অসি মালেম পৃম্বা মীশিং অসিনা জ্-জ্ হেনগৎলকপা অসিদা ৱাকোয় শুদুনা ঙাংবা, ৱারেম ৱাকোইনা থল্লবা ৱাবেং শৈরেং পাদুনা লেনবা অসি কন্না পাম্নরক্রে। অদুগা অমরোমদনা অমুক লৈফম-চাফম অমদি চান-থক্লবা ৱাৎশিল্লকপগী সমস্যানা হেঞ্জিল্লক্লুনা মীয়াম অসি তংদু লৈতানা লৈবা অর্মদি নে-তানা খন্দুনা হিংবা ঙম্নরক্রে। হিংবগী মতাও ৱাৎশিল্লকপনা মবম ওইবদুনা খাঙডুথক্তা মবোমদোম শিজখিবা মীশিংশু নোংম নোংমগী জ্-জ্ হেনগৎলর্কলি।

অসিগুম্বা মতম অসিদা ননাই করিসু খঙজদ্রবনা মানব-সেবানি খঞ্জদুনা "মহাও হুম্ফুমবীগী বাবেং" কৌবা লাইরিক মচাসি পুথোকচৈ। ননাইনা তাজরুবা, উজকবা, অমদি লোন কয়ামুক্তগী পাদুনা খঙজরকপশিং অদু খোমজিঞ্জবতনি, খঙ হৈদুনা ইজবা নৎচদে। অদুগা ৱারেংশিং অসি হেক ঙম্নমখৈ তেনশিন্না ইথোকচাবিবগী মরমদি মীয়াম্বু শাংনা মতম মাঙহনর্জনিংদে, চুম্নগী মহাও অদুখক্তবু চূপহঙ্গনিংঙি।

অরোইবদা, ৱাখল খনবা তমখৎলক্লিবা নহারোলশিংনা পাবদা খজিক্তংদা ওইরবসু কান্নবা ফংগদ্র খঞ্জদুনা ইজবনি। অদুনা ননাইনা পাবিবিবশিংবু খুকমজৈ :- মহাও হুম্ফুমরীগী মনুংদগী মহাও অমখক্তংতা ওইরবসু চুপ্পীরবদি ননাই ঐনা হোৎনজবগী মহৈ যাল্লে হায়না খঞ্জরনি।

*ননাই অইবা*

# হীরম লামাই

ফোঙ
চান্দ
[অই
নৈত
MSK
সবসি



অহান
লাইরি
মমল
লাইরি

ফংফ

নম্ফম

# মহাও হুম্ফুমরিগী ৱারেং

## (১)

## কনাগী মরালনো ?

হৈনীংনা মুন্দুনা কেল্লি। কেল্লকইবা হৈনীংনা ককচেং মহুম অমদা তাশিল্লুই। ককচেং ময়াম মহুমদগী চোয়জাইননা চেন্থোরকই। শাওনরবা ককচেংশিং অদুনা মনাওা তোংবা খন্থ্রাংচাক অমদা হেক্তা চীকলুই। মরাল খীবা মপুনা হংঙি :— খন্থ্রাংচাক নংদি কৈদৌদনা খোকলকইবা? ইকুম ইথা য়ৌবদুনা খোল্লকইবা, হৈনিং নংদি কৈদৌদনা কেল্লকইবা ? — মতম (পানবৈ) শুরদুনা কেল্লকইবা, ককচেংশিং নখোয়দি কৈদৌদনা হেক্তা চীকলুই ? অশাওবগী হৌনশানি।

## (২)

## অফবা মওংলোমদা খন্থবনা ওইজে।

মহাজন অমনা লল্লোন পোৎ কয়ামরুম মাগী অয়োনবা মী কয়াদা থাদৈ। মহৈ-মহৈ মাঙইঙাক্তা হায়। ময়াম পুন্না কনফরেন্স অমা কৌবে। মহাজন্না অঙৌবা চেবাং অদুদা অমুবা পিন্দু অমা নম্মগা থেক্তুনা থম্মী, অদুগা করি উবগে হংই। থেৎলিবা অদুদা মখোয় পুম্বা অমুবা পিন্দু অদুতা উই হায়না লাওনরকই। মহাজন্না খঙলে, মখোয় পুম্বা অঙৌবা চে অদুদি উদে, হায়বদি ফক্তবদা ঙাক্তা খল্লি। মমৈদা মানা, মখোয়বু ওইরকপা য়াবা খুদোংচাবা কয়া খলহল্লগা ঙাইবদগী অদুগা কারবার অদুদা অনৌবা শেল কয়া থাদুদুনা য়োলহনবদগী শেন্দোং চাওনা ফংবা ঙমখি।

## (৩)

## খ্বাইদগী অশিংবা।

গ্রীক্কী নিংথৌদা প্রজা অমনা লৈবুং তৌথোকলুবদগী ফংলকপা কোক্কী মুর্ত্তি অহুম পুরক্তুনা কৎলৈ। নিংথৌনা অশিং-অশিংবা মী কৌখত্তুনা করম্বা মওংগী মুর্ত্তি ওইরিবনো খঙনবা মীয়ামদা লাওথোকহল্লি। অমনা অমা হায়, অমনা অমা হায়, অতাবা মীয়াম্না পেন্নদ্রে। মমৈদা পণ্ডিত অমনা কোক অহুম অদুগী খেন্নবশিং অদু পরীক্ষা তৌদুনা য়েংলে। কোক্কী মূর্ত্তি অমনা নাকোংদগী হোরকপা মখুল অদু চিন্বাল্লোমদা ফাওদোকলকই; অমনা মিত্তগী হোরকপনা চিন্দা ফাওই; মুর্ত্তি অমখক্তি মিত্তগীসু, নাকোংদগীসু, নাতোন্দগীসু চিনলোমদা ফাওজিল্লক্লগা, চিন্দগী মখুল পূম্বা থোপ্পা চংখি – অসিনি, খ্বাইদৈশিংবা

## (৪)

## মীওইবনা নিজগদবদি ঈশ্বরতদগীনি।

লাইনিংবা ভিক্ষুক অমনা মমা মপা লৈজদ্রবী ৱারবী অমগী মতেং খরদং পাংনবা নিংথৌদা নিজবা লাকই। শন্ত্রিনা নিংথৌদি মাগী ইষ্টদেবদা লাইনিং লাইশোন তৌরি, ঙায়যু হায়। লাইশংদুগী মপানথোংদগী মুন্না য়েংদুনা ঙাই। তাঞ্জাদুদা নিংথৌনা -"হে ঈশ্বর! নদাইগী দেশ অসি য়াম্না লাইবরে, শেল-থুম মরাং কায়না পীবিয়ু,...। ভিক্ষুক অদুনা মদু তারগা চৎখ্রে। মীনা মী অমদা নিগদবা নত্তে, অদুনা মানা নিরুবা অদুদগী ঐখোয়না অমুকসু মথাং অমা নিগদবগী শরুকপুদি মীঙোন্দা অমুক হায়জরুবা তৌদনা হেক্তা ইশা ইশানা ঈশ্বরদগী নিজবনা ফরে। ... অসিনি।

## (৫)

## নিংবু নিংজদুনা ঙমজবা খরদং কৎলম্লদি মনাক্তা লাকপী।

নংদি য়াম্না নংজবা, মাগী গুরুবুদি য়াম্না থাজবা নহা অমনা গুরু খল্লি। মানা লোইজবা শনবীগী সঙ্গোম নিতিগী গুরুদা কৎলি। গুরুদুসু মাগী শিষ্যগী সেবাদা পেঞ্জে। ঙমদবা মতাং থোক্তুনা শিষ্যদু নোংম-নিনির্দি লাক্লে, সঙ্গোম পুরক্লে। মদুদা গুরনা – "এ : তত্তনা নিংজরিবা ইনাইগী মফমদা ঐসু চৎপা য়াইনা!" অসুম্না শিষ্যবু গুরু মশামক লেংবিরক্তুনা থৌজানবিখি।

## (৬)

## চিন ৱারকপা ঙমদবা জীবদি শিজবা তাবনি

থেঙ্গু অমগা পাৎকী উচেক খরগা মরুপ শান্নে। কালেন য়ৌশিল্লকলবদা ঈশিং কংশিল্লকলে। থেঙ্গুদু ৱাবে; মিপাইরে। মদুদা উচেক মরুপ অনি খক্লা হায়রে – " ঐখোয় অনি চৈদোল অসি নাম নাম চীক্তুনা পায়খৎকে, নংনা চৈতেক্কী ময়াইদা নয়ানা কম্না চীক্তুনা য়াল্লু; ঈশিং লৈবা মফমদা নংবু থাদবীগে, ঐখোয় পূন্না অমুক লৈমিন্নশি। তৌবদদি নংনা চের্কাশনগদবা হায়ববু নচীন অদু কাথোকপদি য়াদ্রে।" ফরে হায়নদুনা, থেঙ্গুদু নোংথক্তা ৱাংনা পুখৎখ্রে; মতৌ অদু উবদা শঞ্জেন নহাশিংনা মখাদা খুবাক খুদুনা নোকই, অমসুং লাওনবকই, "হায় মায়খাবা থেঙ্গু, ইকায়দ্রা! নশা পান্দবা নংনা পাইখৎপা শারিয়ে, লৈখাদা লৈরোলাও চাথোকপীগে।" মদুদা শাওরবা থেঙ্গুনা – "নপা চাও!" হেক হায়রুবদা মখাদা পোপ তাখ্রে। শঞ্জেন নহাশিংগী চিঞ্জাক ওইখি।

## (৭)

# মতম য়েংদুনা ইশা-ইশাবু কোমথোকপা নুংঙাইথোকপসু চংই।

ইসোপ, অফাওবা কবি অমনি। মমল য়াম্লবা খ্বাইনা খঙনরবা মীশকনি। নোংমদি মহাক অঙাং মচাশিংগা লাও-খোংদুনা শান্নমিন্নরম্মী। মদু উবদা এথেনগী লমকোয়বা অমনা ঙক্লদুনা হংলম্মী :– "করি ভাবনো ? অঙাং মচাশিংগা লোয়ননা মতম মাঙহন্দুনা কবিনা তৌবিবমলিবা অসিবো ?

ইসোপনা মনাক্তা লৈবা, লিরী নাম্বোক্তুনা থম্বা লীরুং অমা পায়খৎলগা হায় :– "অশিংবা নিপা ! সিদা ঐনা লীরি লৌথোক্লগা থমলিবসিনা কার খঙহল্লি ? এথেন্নিয়ান – "নংগী পাউখোং অদু ঐদি খঙজদে, অমুক্তা তাকপীয়ু।"

ইসোপ – "লীরু অসিনা সুম-সুম কোলহন্দুনতা থমলবদি, মাগী চিংথোক চিংশিনগী শাফু অদু সুম মাঙলক্কনি। পুল্লিবা লীরী অদু থাদোক্তুনা চপ তিংনা থমলবদি,মদু অমুক শিজিন্নবদা হেন্না শক্তি লৈনি"- 'সিনি। অদুনা ঐখোয়গী ইরক্তগী মী খরদি অকোনবা লীকংগুম মতম পুম্বদা নুংঙাংবা, লাঙতক্লবা, কোক্তা রাই চিন্দুনতা লৈহন্দুনা লেল্লি। মরম অদুনা তাঞ্জা য়েংদুনা ঙাইহাক নুংঙাইথোকপা, কোমথোকপসু ফৈ; মদুনা থবক্তা খুৎ-থারকপদা শক্তি হেন্না লৈগনি।

## (৮)

# গুরু নাইদে মতোমতা হৈজরকপা মহৈনি হায়বা চুমদে।

থাং-তাগী মহৈ হৈবা নিপা অমনা নোংমা অচিকপা, পাৎ অমদা উরোক অমনা ঙা মচাশিং ফার ফারগা মদু মথক্তা লংখৎ-লংখত্তুনা মচিন্না ওক্ল-ওক্লগা চাবা অদু উরুরে। মদুদা মহাক থরাই তানা য়েংদুনা উরোক অদুনা

তৌরিবা শৎজান অদু তমখি। মমৈদা মহাক প্রাকটিশ অদুনা মরম ওইদুনা থাং মথক্তা হুনগৎ-হুনগৎলগা ময়ানা তাপ তাপ ফাবা ঙমখি। মহাক্না নিংথৌদা চংজরগা মানা ঙমলিবা মহৈ অদুগী মনা লৌনিংলকলে। মনিংথৌদা মানা ঙস্বা শক্তি অদু উৎচগে হঙ্গৎলুরে। মনাই মশল তীল্লবা সভা অমদা নিংথৌনা লেংথোকলক্লুনা, উৎচনবা য়াবিরে। মাগীদু উৎলমদাইদা নিংথৌনা হংখি - "নংদি ওজা কনাদগী তম্বনো?" মদুদা নিপাদু উরোক্তগী তম্বনি হায়বা ইকায়দুনা "ঐগী গুরু লৈজদে - ইশানা হৈজবনি" হায়না খুমখি। ফরে, উৎলো উৎলো হায়না স্না য়াথং ফংবদগী নিপা অদুনা মাগী থাং অদু লংখৎলগা ময়ানা ওক্কে থৌরাংবদা - সোয়রদুনা নিপা অদু থাংদুনা মখনাওদা থিন্দুনা শিখি।

## (৯)

## লোত্তুনা লৈবা মায়পাকপদো খুদোং থীবনা থল্লবা মফমতদা লৈ।

কোঙ্গ্রেং (থরোইজাৎ অমা) দা মুক্তা থোকই। মুক্তাসি লৈবাক্তগী থোকপা পোত্তগী শুংতোকলাকপা নত্তে। করিগুম্বদা কোঙ্গ্রেংগী কুয়োম মনুংদা চোংখৎলকপা পোৎশক অমনি। মসি নুপী নহাগী লৈতেং ওইনবা য়োকখৎলকপা নত্তে; কল্লবা নূংগ্রেং মখল অমনা লশ্বী সুম-সুম থীরকপদা কোঙ্গ্রেংগী মতোঙদা চংশিল্লকই; মদু কোঙ্গ্রেং মশাদগী থোকলকপা অকংবা অথাবা মহী মখল অমনা কুপ্তুনা কনখি। কুয়োম অদুনা হেক হেক কনশিল্লকপগা ঙসাইগী পোৎশক অদু লেঙ-ওৎপা অমুক তৌরকই। মসিদসু কোঙ্গ্রেংনা অকুংবা মহী অদু অমুক হেক্তা থোকলক্লুনা কুপশিল্লগা চৎথোকহন্দে। অসুম তৌনা চহি কয়ামরুম চৎথরবা তুংদা কোঙ্গ্রেং মশাদুনা মুক্তা ফজবদুমতং পুথোকলমলগা লোমখি।

## (১০)

## ওইথোক্লরোইদবদা ভাবনা শাদুনা তৌফদে

থোকখিবা ব্রাফমনি। হৌদীনি কৌবা মিত্রং হৈবা নিপা অমনা জগত্তা শীঙনবা অমা চৎথরকই। মঙোন্দা, হেন্দকপ চনবা, জেল মনুংদা ব্রাইখু শো লোনশিল্লগা থম্বা ... অসিনচিংবদগী মশাদা খুৎলাই অমা য়াওদনা নাম্থোকপা ঙমলকই। আমেরিকাগী অচৌবা জেল মনুংদগী ব্রাইখু শো শো লোন্দুনা থম্বদুদগী ইরাই লাইনা হাংদোক্তুনা থোকলকপা ঙমখি ... মথং মথং অসুম তানরকপদগী বিলাত্তা লৈবা জেলখানা মচা অমদা মাগী শীঙনবা চলাক অদু চৎথহনখি। হৌদীনি, অতৈগুম্না ওম্থোক্লা উশিত্তনা ব্রাইখু শো মচা অদু হাংদোক্তুনা থোরক্লবা হোৎনৈ। পুং অনি চুপ্পা, হুমাং তাবমখৈ হোৎনবদা ঙমদ্রে। ব্রামল্লদুনা মহাক থোং অদুদা ঙাদুনা ঙাইহাক পোৎথাই। তাঙ্গা অদুদা নুংশিৎনা উইরি উইরি শিংলকপগা লোইননা থোং অদু মতোমতা হাংদোকলকই। মরমদি ব্রাইখু অদু শো লোন্দে পুনাসু হাপ্তে। অসিনি পুন্সিদসু খুদোং থীনিংঙাই ইলৈ লৈতবদসু ভাবনা শাদুনা অবেম্বদা কীরুফদে।

## (১১)

## করি লৈবগে খন্থহৌদবদি থম্মোই শোকপা ফংই।

চাজেনবী নুপী অমগী, মানা চেৎনা থাজবা য়েং অমা লৈরম্মী। নুপীদুগী মচা অদু খুদেং অমদা ঈশিং খরা হাপ্লীবগা মনুংদা শান্নদুনা লৈনবা থনম্মী। মানা লোইবা যোং অদুদা, লাওদুনা, অঙাং অদু খরা য়েংশিল্লম্মু হায়রমলগা, তুরেন্দা অঙাংগী ফত্ত- হাওদি শু- চাম্বা চৎখি। য়োং অদুসু মীরোল খঙডি, ঙাইহাক চাওয়েং যেংলমলগা মমাংগী হৈবোং পাম্মী অমদা কাদুনা উহৈ চাবম্মী। তাঙ্গা অদুদা লীন অমোম গর্ভাবত্তি ওইরবী অমনা ঈশিং খৌরাংমনখ্রদুনা নুমিৎ যুংবা মতম অদুদা অঙাংমচাদুনা শান্নবিবা খুদেংগী ঈশিং অদু তম্না পাইথরক্লে। লীন্না খুদেংদা মকোক থীংজিল্লক্তুনা ঈশিং অদু খরা থকপা হৌই। মদুদা অঙাংদুনা খঙজদবনিনা ঙকথী চপলদুনা লীন অদুবু খুদেং মপান্দা হন্না

হন্না কনশিল্লি; অমুক অনিরক্তী শাওরমদে মমৈদা লিন অদু শাওমনখ্রদুনা অঙাংদু চীক্কুনা হু কামশিলমলে। মপুক থন্না থক্লগা লিন চৎখ্রে। য়োং অদুনা লাকপদদি অঙাং অদু হুনা লুতোন য়ৌদুনা হাইদুনা লৈরমলে; য়োংনা থীন্দনা হুজম নাপী মতোন থীবা চৎখ্রি। মমাদুনা লাকপদদি মচাদু মুসুক মুনা উতুপ তাবগুম্না তাদুনা লৈরমলে। কপলাওবগা লোয়ননা, শাওবনা মৈ হৈদুনা য়োং ঙাইদুনা লৈরম্মী। য়োংনা হুজম মনাদু পায়রগা চোং-চোংদুনা লাকপা উরে, অমসুং থীন্দনা উতুপ অমনা য়োংদা থাদুনা মকোক থুগাইরে। য়োংশিরে, শিরফাওবা থাদোক্তনা লৈবা মনাদু উবদা চিংনৈ। য়োংনা পুরকপা মনা অদু য়াখুন অদুদা নমশিনবদৈদি অঙাংদুনা হিংলে, — অসিনি।

## (১২)

## মায় পাকপদি নিয়ম তরা অসি চঙিঙি।

অহান্বা নিযমদা — অবস্থা অদুদা চান্নশিল্লু, মদুদা লমচৎ অমসুং অপাম্বদু মাঙহনফদে। অনিশুবদা — তরাম তরাম তৌ, ফুম্বংনবা তৌনু। অহুমশুবদা — থৌনা ফৌ, অদুগা শীংনবদি তৌগনু, মরীশুবদা — অতৎপা লৈতনা কন্না-শু নোম্মু, চানবা-য়ানবা অমদি লৈগদবনি। মঙাশুবদা— থবক্তু থোইদোক তেন্দোকপা অমদি ওইহল্লু, যামদ্রবা অমখক্তংগীদি মপু ওইবা (পূরানা হৈবা) অমদি ওইহল্লু তৌইগুম্বসুং - মদু নশাগীতা ওইবাবোমদা নপুকচেল পীকথবক্কনু, মদু খন্ন নৈন্নরগা য়ানবরোমদা চৎথৌ। তরুকশুবদা — ইদুনা ফোংদোকপা, ৱাঙাংদুনা ফোংদোকপা শক্তি অদুদা নৈনৌ চৎথৌ, তৌইগুম্বসুং মদু ৱাহৈ কা তেন্না শিজিন্নবদি তৌবোইদবনি। তরেৎশুবদা-মযাম অপাকপা অদুদগী মক ওইনা কান্ন-কান্নবশিংদু খাইদোকউ, অদুগা থবক্তা খুৎ থানবা মদু পীকশল্লু, অদুম্নদি ওইরগা মযাম অদুবুদি থৌওইদবা তৌগনু। নিপালশুবা — মীওইববু থাজৌ, অদুগা ইশাবু ইশানা থাজবা থমগদবনি, তৌইগুম্বসুং মীনা লায়না নমথাক তৌবদি ওইহল্লোইদবনি; নত্তুগা তৌবা ঙমই হায়বগী অথোয়বসু তৌগনু। মাপলশুবদা — নথৌ অদু তৌবদা ডিমোক্রেটিক ওইয়ু, মী তিন্নবদসু; তৌইগুম্বসুং মদুনা ময়াম পোকশিল্লকুনা হঙ্গোইবা অমদি ব্যবহার ফজদব রোমদদি চৎথগনু। তরাশুবদা — মিংনা উবা য়াবা অমসুং মাংজৌনবা প্লান

(খুজিল থৌরাং) অমদি থম্মু, অদুবু, হেক তুংদা থোকলক্কদবা অদুবুদি উশিন্নদবা তৌনু।

## (১৩)

## লমহুই লৌশিং অমসুং লমহুই পুকচেল

লমহুই অমনা নোংমা তুরেলদা ঈশিং থকপা কুমলকই। মানা থক্কদৌরিবা ঈশিং অদু কুমথরগা মখোং খুদুং অদুনা খোরো খোরো খোত্তুনা ঈশিং অদু পূমনৈ নৈখায়রগা মচীন্না লুকথদুনা ঈশিং অদু থকই। অউবা কনা অমনা হংবদা "ঈশিং অনৈবা থকনিংবগী ব্রা নত্তে, ফত্তবা মীনা ঐবু ফানবা লাংককা থাকলমগদ্রা চীংনদুনা খোংনা হান্ননা য়েংথোকপনিদা ..." লমহুইনা খুমখি।

অদুগা অমনা, লমহুই অমনা উমংদা হৌবা দ্রাখা চরোং খরা ফন-ফন চোংখত্তুনা অমুনবা হৈ হেক্রুবা কন্না হোৎনৈ। চোংখৎপদা য়ৌবা ঙমদ্রদুনা হৈখাদা ফমলগা পোৎথাই। মহাক্না উহৈশিং অদু অমত্তা চাবা ফংলরোই খঙজরে। মমৈদা মানা লেপখৎলক্তুনা উমং অদুদা কোয়লাও লাওরম্মী — "তাউ, তাউ, দ্রাখা পূম্নমক চারুরনু, অশিনবনিকো, — সিনি।

## (১৪)

## করম্না পুনশিবু নুংঙাইবরোমদা পুশিল্লক্কদগে হায়বগী পান্থে খরা।

পুন্সি অসিমক খেন্নবা উত্তুনা চাংদমনবগী থবক ঙাক্তনা থল্লিবনি। পোৎথাবা অমসুং থবক, মাযপাকপা অমসুং ঙমহৌদবা, আশা কয়ামরুম অমসুং মদুগী অকিবশিং... অসিনচিংবা। মখল কয়াগী ওইবা পুন্সিনা মদু তাকই অমসুং নুংঙাইবা পোকহল্লি। অদুম ওইনমক, হৌখিবা কয়াদগী ফংলকপশিংনা লমচৎপু শেমদোকহল্লি, অদুদৈদি সুম কনশিল্লকই। অদুনা চাংদম্নরকপশিংবু নিংথিনা ওকপা তাই; মখোয়বু চাংমান্ননা থমদুনা পুন্সিবু লৈখা তাহল্লোইদবনি। চাংদমনরকপা মরীখক্তুং লৌখৎলগা চাংয়েং মচা অমতং য়েংশি।

(ক) থবক অমসুং পোৎথাবা — মী অয়াম্বনা থবক হায়রগা ফত্তবরোমদা পুন্সিদা হিংনবা শুবনি লৌনৈ। শীংথানবা য়ারিবদি, থবক অদুমক্লা মশাদুবু করম্বা মীশকনো ফোংদোকচব ঙমই। মতম পূম্বদা ঐখোয় ঐখোয়না পাম্বা থবক্তসু ফংবা ঙমদে। নোম্বা কনবা অমদি থবক্তুদা পুকনিং লুপ্লদু ঙাক্তনা ঐখোয়গী পার্সোনেলিটি হেঙ্গৎহনবা ঙমদে। অদুদৈনি পুন্সিদা পোৎথাবা (রিলেকসেসন) হায়বগী মফম অমা লৈবা তাই। সুম শুদুনতা লৈরবদি থবক্তুগী মগুনসু ময়েং তারকই। শুগনবা লায়রবরোমদা চংশিল্লকই। অদুনা পোৎথাবা অদুনা থবক্তু নৌথোকহনগনি।

(খ) থৌনা অমসুং চের্কশিনবা — পুন্সিগী অৱা অনাদগী পাথোক্লবা থৌনা ফবসু চংই। মরালবু লৈরবদি ঐখোয় থৌনা ফনা দগিদু লৌবা তাই। পুন্সিদি অকন অথৌগী থবক্লা থল্লি - মদু থেংনবা তাই। অয়ম্বা মীদি পোকপদগী য়াওরক্লবা, পীথোকলকপা মগুন অদু ফংবা ঙমদে। থৌনা ফবা হায়রগা অপং থৌনাদু নত্তে; ৱাখলনা থল্লবা, অয়িংবা অমসুং খন্নরগা লেপ্পবা অয়াবা অমদা চৎথবকপা অদুগুম্বা থৌনা ফবা, অতাঙবা অদুবুনি।

(গ) থাজকবা অমসুং মদুদা ৱাহং কয়া — মীনা পোকলকইবগী মরম অমদি লৈ হায়না থাজবা মদুদা অদু অদা হংবা পূম্বদুগা লোইননা তাউথমিন্নদুনা শিবা তাই। মপুং ফানা পাওখুম পীবা কনাসু লৈতে। মরম অদুনা অনি অনি লোঙবা পুন্সিগী খোংচৎসে ময়াই লম্বীদা চত্তুনা চাং মান্নদা হিংবা তাই।

(ঘ) মরুপ মপাং তিন্নবা অমসুং চীক্লা ঈংনা নাইতোম লৈবা - অমগা অমগা তিন্নদুনা লৌথোক-লৌশিন দরকার লৈ, অদুগা অমরোমদা অচীকপা মফম অমদা তুমিন্না খন্নদুনা অরাংবা মরক্তুগী লৈথোক্লুনা লৈবসু দরকার ওই। অসিগুম্বা চরাংনরবা সমাজ অসিদগী নাথৈদুনা ওইথোকপা য়াবা অমরোমদা চীক্লা ঈংনা লৈবসু দরকার ওই।

## (১৫)

## থবক পূম্নমক্তা পুক্লিং অদুতা চপ য়ুংনতা লৈয়ু।

নথৌ অদুদা চেৎনা থাজৌ, মদুদা মনা মথুমগী ৱাখলদি থৈদোক্তুনা থম্মু। নুংঙাইবগী অমদি নশাবু মীহৌহনবগী ৱাখলনা নথৌদগী নাম্থোকহল্ললোইদবনি। অতোপ্পগী মথৌদসু খুৎ থীংজিল্লোইদবনি। থবক পূম্বদা পুক্লিং চপ য়ুংনা লৈগদবনি। থবক্তুদা খ্বাইদগী হেঞ্জিন্না হোৎনৌ। মদুদা নশাগী নুংঙাইবা কয়া থাদোক্কনি, অদুগা খুদোং থীবা কয়া লৈরবসু খাংগদবনি। নংগী অচুম্ব অদুদগী মায় খংলৈ লৈথোকলোইদবনি। মচেৎ মচেৎ তাহনবা ঙমদ্রবা, মীনা জয় তৌবা ঙমলরোইদবা মীশক অদুদি অতৈনা মায়থিবা পীবা ঙমলোইদবনি। চিংনবগী চয়েৎনবা, মফম মরাং খঙহন্দবা অমদি চয়েৎনবগী খাঙবদা ৱাৱবা অদুদগীসু নাম্থোকলক্কনি। কনাগুম্বা মীনা চৈ-থাংবা, হুনবা, ঙাংন-শানবা কয়াদগীসু নাম্থোক্তুনা পুক্লিং লাকশিন্দুনা লৈগনি। অদুগা নংঙোন্দা লাল্লকইবা মীশক অদুদি খঙদোকউ, মাগী ফত্তবা তৌরকপা অদুবু নংগী ফত্তবা অমনা হনগে খন্দ্রবদি- মানা খক মাঙনবা তৌবা ঙমলোই। অসিমসু হোৎনৌ; মদুদি :— ফত্তবা তৌরকইবা মীওই অদুনা মশা অদুদা অতোপ্পা মীনা তৌরকলবদি কয়ামুক ৱাগবা হায়বদু খলহল্লু।

## (১৬)

## কৈদৌঙৈদসু থেংমল্লে, অহল ওইরে, মতম চাদ্রে - হায়বগী ৱাফম লৈতে।

১। কোম্মোদোর ভান্দরবিল্ট -- চহি ৭০-৮৩ দা মাগী লাইবক ফগৎহনবদা মশীং মিলিয়োন ১০০মা হাপকৎপা ঙমখি।

২। কান্টনা — ৭৪ দা এন্থ্রোপোলোজী, মেটাফিজিক্স ওব ইথিক্স ইখি।

৩। টিনটোরেটোনা — ৭৪ দা পাক্লবা স্বর্গ (লাইরৈপাক) পু ফুট ৭৪...৩০ গী খোয়রু ফিদা মচু থাদুনা য়েকখি।

৪। ভার্ডিনা ৮০ দা ফোল ষ্টাফ, ৮৫ দা ফাওরবা এব মেরিয়া ষ্টাবৎ মাটর অমসুং টৈকিয়ম পুথোকখি।

৫। লামার্ক না ৭৮ দা ডি নেচরেল হিষ্ট্রী ওব ভার্টেব্রাস লোয়শিনখি।
৬। ওলিভর ওয়েন্দেল না ৭৯ দা ওভর দি টিকপস ইখি।
৭। কেটোনা ৮০ দা গ্রীক তম্বা হৌখি।
৮। গোথেনা ৮০ দা "ফাউস্ত" ইবা লোইখি।
৯। টেনিসন্না ৮৩ দা "ক্রোসিং ডি বার" ইখি।
১০। টিটিয়ান্না ৯৮ দা "বেল্ট ওব লেপান্ট" হায়বা মাগী হিষ্ট্রী অদু য়েকখি। চহি য়াম্লে করিবু তৌরুগবনো হায়দুনা লৈথোক্তে, শিরমদাই ফাওবা শু নোমখিবশিংগী ৱারী কয়াসু লৈরি।
১১। মুরাজি দেশাইনা ৮১ দা ভারতকী প্রাইমমিনিস্তর ওইখি।
১২। টোলস টোইনা ৮২ দা "ঐতুমিন্না লৈথোকপা ঙমলোই" হায়বদু ইখি।
১৩। ইমোন ডি ভালেরানা ৯১ দা আয়রলেণ্ডগী প্রেসিডেন্ট ওইখি।
১৪। জর্জ্জব বানার্ডসোনা ৯৩ দা "ফার ফেচড় ফেবলস" ইখি।
১৫। গ্রান্দনা মোসেসনা ১০০ দা পেন্টিং তৌবগী থবক পাংখি।
১৬। বেঞ্জামিন হরিসন হোলকোম্ব চহি ১১০ শুরে, মাবু সেনচুরী অহুম পুনশিবা হায়না খংনৈ ( হুয়বদি- ইং ১৮৮৯ দগী ১৯৯৯ অমসুং ২০০০ ফাওবা পুনশি) রবিনস, কানসদা জুলই ৩, ইং ১৮৮৯ পোকখি। মশা ফনা হিংঙ।
১৭। মিস ফিজিসৱানা ১১২ দা ওপন ইউনিভার্সিটিদা ক্লাস য়াওবা হৌখি।

## (১৭)

## নোংমগী চুম্না নুংঙাইনা হিংববু, পুন্সিগী ওইবা মহিংনি।

য়াম্না পীকপা মওংদা য়েকথোকপা লাইগা নোংমগী লেনবা পুন্সিগা পান্দমনৈ। নোংমগী অয়ুক্তা য়াহৌবনা অমুক হয়া পোকপনি, নুংদাংদা অমুক তুম্বনা নোংমদুগী শিরবনি। তুমথবগা য়াহৌবগা অনিগী মরক অদুনি, য়াইফববা নোংমগী পুংফম হায়বদো। পুন্সি চুপ্পদি তৌবা ঙমদ্রবসু নোংমগী অয়ুক নুংথিন্দদি

পাংথোকপা ওমই। রোবার্ট লুই ষ্টিভেনসন্না হায়খিবা লৈ :– "মী অমনা নুমিৎনা ময়ুম চংদ্রিফাওবদি - নুংঙাইনা, খাংবা কন্না নুংশিননা, পুকচেল ফাবদি ওমই, অদুগা মানা ঙাংথোক্কবা ৱা অদুদা চেকশিঞ্জবা ওমই। মানা ফনা শাথিনা লুমলবা পোৎলুম ফাওবা নোংমদুদি পুবা ওমই। মানা নোংমদুদি কন্না হোৎনজদুনা নুংঙাইনা লেনবা ওমই; নুংঙাইবদুসু অকোয়বদা শন্দোকচবা ওমই। মানা নুংশিবা হায়বসি নোংমদুদি উৎথোকচবা ওমই। নোংমগী অকিবা লৈতবা অমসুং অবস্থা খুদিংবু থৌনা ফনা থেংনজবদি ওমই। নোংমদুগী থৌজাল হৈবা, ৱাখল লৈবা অমসুং তংদু লৈতাবা মীশক্তি ওইবা ওমই। নোংম নোংমগী অনৌবা অমমমদি লৌশিঞ্জবা অমসুং হেঙ্গৎলকপশিংদু ইশিঞ্জবা ওমই।"

সার উইলিয়াম ওসলরনা থিন্দুনা তাকপীরম্মী – মদুদি জহাজশিংসি মাগী চেৎনা ফাজিল্লবা কাশিং অদুনা ঈশিংদা তাওহন্দুনা থম্বা ঙম্বগুমনা নুংশিৎ লৈরিঙৈদা হিংবা মহিংগী মচেৎ মচেত্তুনা পুন্সিবু য়ৈখায়-থিঙ্গাইথোক্কদবা কয়াদগী কনবা ঙম্মকই, (পুন্সিদু লেল্লি)। অদুগা ওসলরনা অসিগুম্বা মিত্রংগী ৱাঙাংগুম্বা অমসু তাকপিরম্মী। - মশিনা নোংম-নোংমদুগী মায়য়োক্লগদবনি :– পুকচেল তপ্না, শাওগন্দনা নোংমদু লেল্লু।"

খ্বাইদগী মরুওইনা পুন্সিদা হিংগদবা মহিংদি - নোংমগী মওংবু নিংথিনা লেন্নবা হোংনবদুনি। থবক অমা ঙমলক্ত্রবা অমদি ৱাত্তুনা পায়খৎপা ঙমলক্তবা মতম অদুদা - ঐখোয় ইশাবু ঙাকপীবগা লোয়ননা এমরসনগী ৱাহৈশিং অদু খন্নবা তাই :– "নোংমগী নথৌদু পাংথোক্লগা অদুম লোইশিল্লু। নংনা হেক ঙম্বমখৈতা পাঙথোকউ - অৱান অহুই কয়া, মরম চাদবা কয়ানা চংশিল্লকলসু মদু পূম্বা হেক ঙম্বমখৈ থুনা কওথোকখো। হয়েং কৌবা অদুদি অনৌবা নুমিৎ অমা হৌরবনি, নংনা মদু নিংথিনা হৌগদবনি, অদুগা নংগী অন্ধবিশ্বাস লৈতবা, য়াম্না হেঞ্জিন্না ৱাংলবা থম্মোয় অমনা মদু পাঙথোকখো।" ঙসি নোংমগী ফজনা হিংঙু, অদুগা হয়েং কৌবা অদুদি অতোপ্পা ঙসি কৌবা নুমিৎ অমনি হায়না নিংশিংঙু।

## (১৮)
## খরা হেন্না ফগৎপা তরাদি অসিনি

১। যানদবা মরুপ্পুদি যানবা য়েক্লবনা হেন্না ফৈ। (২) লুহোংববু কোক হেক্তা যাথোক্নুনা অনুতাপ লাকপবুদি মতম শাংথনা লৌদুনা খন্নবগা লুহোংবদুনা ফৈ। (৩) মশক থীজরবসু মমোন ফজবদুনা মমোন্দি ফত্তবা মশক ফজবদগী হেন্না ফৈ। (৪) শোনো চুবা মচা নুপা তবাদগী নুংশিজবী অফবী মচানুপী অমনা হেন্না ফৈ। (৫) পৃথিবীগী সনা লুপাদগী হকচাক ফনা শাংনা পুনশিবনা হেন্না ফৈ। (৬) মবোমদোম ফজবী ফুবা-দোলান্দা লৈববুদি মচা মশুশিংগা লোযননা যুম মচাদা লৈজবনা হেন্না ফৈ। (৭) শাগৈদা থাব্দবদগী হেন্না চান্নবা মকুপ্তা থাজবনা ফৈ (৮) খনথদনা শৎ হেক্তা তৌবদৈ পন্থদুনা খন্নবগা তৌবনা ফৈ। (৯) মাংজৌননা ঙাকথোকহৌবনা লাযেংবদৈ হেন্না ফৈ। (১০) এস নো অসি মুন্না খন্থবগা হাযদোকপা ফৈ।

## (১৯)
## মতৌ করম তৌরগা মপুঙফানা নুংঙাইবা ফংগনি।

নুংঙাইবা নুংঙাইবা হাযনবিবা অসিদি কবিগুম্না অফবা থবক অমা পাংথোকলুবগা মী অদুগী পুকনিংদা ওইবকপা ফিভম অদুবুনি। ইচা ইশুন চাও শাংলক, মামং মথা লৈবক্লগা নুংঙাইজে। মখোযনা ফগৎলকপা চাউখৎলকপদসু নুংঙাই, ঐখোযনা, মকপ মপাংনা তবাম তবাম্না তিন্নবন্দসু নুংঙাই। অসুম্না ঐখোয ইশাগী ব্রাংমদা চৎথবকপা কযা অমদগীসু নুংঙাই।

নুংঙাইবা হাযবা পোৎশক অসিদা খ্বাইগী ওইনা মখল কযাদা লৌশিন্নবি। পুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওবকপা অসি, সাহিত্যগী নুংঙাইহনব ফাওবা ব্রাদৈ মচেৎ অমা পাকবদৈসু ফাওবকই। থম্মোই ইবাং তৌইনবা কাব না মচা অমা পাকবদৈসু কবি অদুনা শেমজবা ইপোমদুদা তাউদুনা নুংঙাইজে। অঙাং মচা অমদা ফজনা তম্নীবদা মানা লৌশিঞ্জবা ভমজবদগীসু নুংঙাই।

"অফবা ওইবসু নুংঙাইনবনি, অফবা তৌবশু নুংঙাইনবনি।" পাউতাক্কী মচিনসু নুংঙাইবা অমুক্কা হেন্না পোকহল্লি। অসুম্না ধৰ্ম্ম কাযদবা,

অচুম্বা,নুংশিবা, সেবা, লাইশোন শোনবা পূম্বা নুংঙাইবা ঙম্মী। নুংঙাইবা হায়বা অদু অসুম্না তৌই হায়বা ফোংদোকপদগী, মদু অসুম্না ফংবনি হায়না পাউখুম পীবনা হেন্না লুই। মী মী অদুগী লাঙখৎচবা অদুদা লৈরে, — মসি ফংবসি লনথুম অমা লৈবা, য়োনবদগী ফংবগুম্বদুদি নত্তে। মীদুগী হোৎনজমন, থবক্তা খুৎ থাজমন্দগী তানশিনজবদুনি, অমনা অমনা ফংবদুদি নত্তে।

পুক্নুংদা নুংঙাইজবা,সমাজ সেবাদগী ফংজবা নুংঙাইবা, জগৎ সেবাদগী ফংজবা জগৎ পূম্বগী ওইবা নুংঙাইবা, কয়াগী মখল লৈ। ঐখোয় মীয়ামগী মরক্তা, অৱা অনং ফংলবা, মপুক থন্দ্রবা, লাইনা তীন্নবা ৱারবা কয়া অমা লৈরি। মখোয়দুনা কোয়শিন্দুনা মাঙ্গোন্দা লৈরবা অদুদা কদায়দনোনে নুংঙাইবা ? নাকল অমদনা য়ুমজাও মথোল মথোল, অমরোমদনা, সৈতানগী অহেন্বা খাংপোকশঙ কয়া, নাকল অমদনা মথেল লুকোই কয়াগী তংখায়তমক চারগা হুনদোকপা চিঙ্গাকশিং, নাকল অমদনা হুন্দোকপদুবু ফংনদবগী ফুন-চৈনবা কয়া অমা ...। অসিগুম্বা কুশ্মৈ অসি য়েংনিংদদুনা চেনথোক্তুনা লৈরগা নুংঙাইবদু ফংগদৌরিব্রা ? নত্তে, নত্তে চেম্বা য়াদ্রি– ঐখোয় হোৎনবা তাই, শুবা তাই, লেপ্পা য়াদ্রি — মীয়ামগী অচুম্বা নুংঙাইবা, মপুংফানা নুংঙাইবা, তুংকোইনা নুংঙাইবা হায়বা অদুদি কদাইদা লৈরে ? কদায়দনো ? — অদুগুম্বা সমাজগী মরাইবক থীরবা অৱাবা-অৱাৎপা পীরাংদু তৈথোকপীয়ু লমজাওদা কনা লৈজদ্রবা কোয়চৎ চত্তুনা চুদৎননা লেল্লিবা অঙাংদুবুসু তাকপী-তীকপীরম্মু। মতম কয়াগী তুংদা মী অদুনা চীক্লা ফমদুনা লৈরিঙৈদা — মখোয়শিংদুনা মাঙোন্দা কোন্দুনা নুংঙাইবা ফোংদোকলকপা অদুনি নুংঙাইবগী চীংদোল হায়বদো। অসুম্না ইমুংদগী সমাজদগী, জগত্তগী মথং মথং ফংগনি। অতোপ-অতোপ্পাবু নুংঙাইহনবা হায়বদুনি নুংঙাইবা ফংবা হায়রিবা ৱাফম অদু।

## (২০)

## অফবা অশেংবা ৱাখলতদা খল্লু, পুক্তা নুংনাংবনা খুদুম চলহনগনু।

পুন্সি অসিদা অতৎ অখম লৈতনা শাওনিংবা, নিংবা থুংদবা অৱা অনাগী নুংনাংবনা পীক থন্না লৈরিবা ঙাকনি। অদুবু ৱাখল অদোমদা ঙাক্তা চৎথগ্রবদি - পুন্সি অশে পোৎথাফম খঙদবা, পল্লেপফম লৈতবা, অমসুং অৱাবতা নিংদুনা লোয়খিনি। মরম অদুনা মীওইবা ঐখোয়না অসুম অসুম অশেংবা ৱাখল খনবা তশ্নিববদি মমৈদা তত্তবা বাখল অদুনা অশেংবা, অমসুং অশিংবা অমা ওইরক্নুনা অশেংবা থবক পাংথোকপা ঙমলকই। অদুদগী মথং মথং পুকনুংদা খৎনদুনা লৈবম্বা ৱাখল পুম্বা মাঙখিদুনা থম্মোইগী মযাইদা অশেংবা ৱাখল অদুগী মাম তারকই; অচৌবা (পুকচেলগী) থবক পাযখৎপা ঙমলকই।

## (২১)

## চহি চামা করম তৌরগা নুংঙাইনা হিংদুনা লৈবা য়াই।

অহান্বদা – হকচাং ফগৎনবতা চৎথবা হাযবদি করিগুম্বা হকচাং অসিনা ফৎলকত্রবদি করি করমনা তৌবা, করি করিদা য়েংশিনগদগে খক-লাংঙুদবা।

অনিশুবদা – কান্ন-কান্নবা থবক্তা তৌদুনা লৈবা।

অহুশুবদা – অশংবা মতমদা ঐগী নুংঙাইগদবা অমদা তাউথবা।

মরিশুবদা – পেন্থোকপা হায়বা অসিমদি তমগদবনি।

মঙাশুবদা – ঐগা মোৎ চানবা (য়ানবা) মরুপ অমদি থমগদবনি।

তরুকশুবদা – অৱা অনা তারবা, লাইবক থীরবা মীওইবুসু থৌনা ফনা, ফত্তবা খল্লুদনা উনগদবনি।

তরেৎশুবদা – পুন্সিগী অপিক অপিকপা সমস্যাশিংবু ৱারেপ অমমমগা লোইননা থেংনগদবনি।

নিপালশুবদা – পুন্নমকসিগী মথক্তা, খুদোং চাববু ফংলবদি ফাগী ফারাংগা লোইনবা ৱাঙাং-শাঙাংনা নুংঙাইমিন্নবা য়ানবা ঙাং-শক্কদবনি।

মাপলশুবদা – হৌজিক হৌজিক্কী অমদি ঙসিগী ওইবা-রোমদা নুংঙাইথোকউ; হৌখিবগী, লাক্কদৌরিবগী ৱাখল থোইনা খল্লুনু।

তবাশুবদা – নোংমগী ঐগী তৌফম থোকপা ঈশ্বর সেবা খক কায়দবা।

অসিনচিংবা মরু-মরু ওইবা থবক্তা চৎথদুনা পুন্সি লেনব তাই.

## (২২)

## মতাং চানরবদি মীনম্বা ফেনজিনবগীসু কান্নবা মরৈ।

নিতিগী যেংলিবা মায়থোংদো, কবি নুমিত্তগীনো হনুশিন্নখ্রিবা ? হোংদেদা হাযবা শারিনেশে; খঙহৌদে তোংদি হোংখ্রবনি। চুমই - "অচুম্বা হাযবদো ঈশ্বর্বনি; ঈশ্বব হাযবদু অচুম্বান।" পণ্ডিত কয়া, ধর্ম্মগী লুচিংবা কয়ানা তঙনা লাওদুনা চৎনবম্বনি – অচুম্বতনা জযনি।

অদুদা, ঐখোয অযাম্বসে মীনম্বদা হৈনদুনা সুম চহি চা কয়াদগী চৎথনরকপগুম তৌর। ফিলোসোফর, ডাইওজেসসনা মাগী দর্শন্দা তাউখিদুনা অমুক্কা হেন্না চুমশিনবা অচুম্বা থীবিবনি হাযদুনা নুংথিল পোবোপ্তবু মখুত্তা লেনটরন অমা পায়দুনা চৎখি। মসিদা কনানসু শীংথানদে।

মতাং অসিদা মীনম্বা ঙাংবনি হায়দুনা মী অমবু হেক্তা মাঙহনবা য়াবগী মীনম্বদু নত্তে; সিদা পঞ্জবিবদি পুংচুম চুম্বদুদগী খিত্তংদা থৈদোক্নুনা মীয়ামগী কান্নগদবা রোমদা নত্তগা নুপা নুপীগী লৈনবা মরীদা খরখিৎ ফগৎপা য়াবা মওংদা থৈদুনা ঙাংবা অদুবুনি। অচুম্বতা ঙাংলিবনি হায়দুনা - মাগী নিপাদুনা নুপীদুদা






-"নমাইদু হিংচাবী মাল্লি" হেক হায়; নুপীদুনসু নুপা শকথীবদুমক, "মাইপাই, পামজদে নশক অদু থীমল্লি" হেক হায়দোক্লরবদি- যুম্বানবা অদু করি ওইবা হৌনরে ? ঐখোয়গী চৎনবী কনাগুম্বনা মচা নুপীদু পামজৈ হায়দুনা নুপী হায়বা লাকপদা, "এ ! ঐগী ইচা শকথীবী অসিবু পাম্বী হায়রিবা অদুমক নুংঙাইজে ..." সিনা ফজথোকপগী ৱাঙাংনি ।

অদুগা অমুক্তা য়েংশি - উকিল অমনা মাগী জজ অদুদা মাগী ক্লায়েন্ট (ৱাথংবীনবা উকিলবু নেকলরিবা মী) অদু মীহাৎপনি হায়দোক্লুববদি করি থোক্লে । অসিগুম্বদুনা রাজনিতি ৱালাশিং অসিনা শান্নবিবা ডিপ্লোমেসি অসি তশেংনদি মীনম্বনা থল্লির্বনি; অদুবু মীয়াম প্রজাগী ফগৎনবনি হায়নবদগী পংথশদা থাগৎনৈ — অসিনি হৌজিক্কী জগৎ ।

... অসিনচিংবা লৌনম তৌনিংবগী মতৌ ওইদবা তাৎ পাৎনা চৎথনিংবা সমাজ অসিদদি মীনম্বা ঙাংবসু কান্নবা লাকই । অমুকসু য়েংশি পাখং লৈশাবী নুংশিনরকপা অসিদা নুপাশিংনা মীনমদুনা চীরোন কয়ানা নুপীমচাদুবু হন্না হন্না ঙংবদগী ... মমৈদদি মাবুসু থাগৎ ৱাহৈ কয়া য়াওবনিনা নিপাদুদা লৈখি । খুদম ওইনা, (১) নিপা অমনা পৈশাতমক শুম-শুম থাদদুনা জগোই শাবী নুপী মচা অমবু শুমহৎনবা লাকনৈ । (২) অতোপ্পা নিপামচা অমনা মাগী হৈ শিংবা চিরোলতনা শেম-শাদুনা, পংথা-থাগত্তুনা, মাবু পেলহল্লি অদুগা মাবু শুমহৎলি । মমৈদা লৌনম হৈবদুনা লৌখি ।

## (২৩)

## মীয়ামদগী তোঙাঙানবা মীশক অমা ওইবতনা মীশক অমগী (পার্সোনোলিটি) চূং ফিরান চাবা মতৌদা তেংবাংঙি ।

মী খ্বাইদি খ্বাইনি । মীয়াম মরক্তগী খর-খিৎ হাইদোকলক্তুনা তোপ তোপ্পা মীশক অমা ওইবগী মতৌ উৎলরিবসি মাতগী ওইবা নিংতম্বা পুক্লিংদগীনি । মীপান তাংদবা ৱাখলনা মাগী খরা হেন্না ফগৎলকপা ফিভম্মচিংবা

লেপ্পা ঙম্মী। মঙোম্দতগী ওইবা পান্থে শিজিন্নদুনা ওইথোক্লরোই খনবা কয়াবু ওইথোকহল্লি, ঙমফদ্রবা কয়াসু ঙমফখি। মদুদা মীনা থাগৎপা-থাদবগী ব্রা পুমকাও কাওথোক্তুনা থোকলবা অমদা ফরে খন্দুনা চৎথবদগী মীয়ামদা কান্নরবা ফিদমনিংঙাই ওইবা মীশক অমা ওইবা ঙম্মী।

## (২৪)

## মতৌ করম তৌরগা নহা ওইবা ফিভমদা থম্বা য়াই ?

মীপূম তিংনা অহল ওইশিল্লকপসি পামদ পামদনা ওইরকপা ঙাক্তনি। কনাসু লৈথোকপা ঙম্মখিদে। থুনা ওইশিল্লকপদগী খরা খিৎ তপথহনবগী ব্রাতনি। মসিগী মরী-মখোঙ অসি থিনা-থিনা হকচাং অসিদি অসুম অসুম হন্থরকই; শোম্থরকই। মীওইবগী থিজিনবা হংজিনবনা চহি কয়া চংনা খ্বাইদগী মকওইবিবা শক্তি অমদি শফু কয়াগী মোৎ অমসুং ডোজ কয়া কয়া পুথোক্লবা হোৎনরবা ফাওবদা কান্নখিদে।

ঐখোয়না নিংশিংঙি – প্রো: থেৎচ নিকোফনা শঙ্গোমদগী শুবা য়ুনা ঐখোয়গী থীবিন্দা থাদবগা পুন্সি শাংদোক্লবা পান্থে পুবক্তদ্রা হোৎনবম্বদু কান্নখিদে। মমৈদা মেডিকেল সাইন্সনা অসুম্না য়ানখি :– হার্যাবিবা য়ু অদুদি মী ওইবগী নুংশাং, চাকখাওগী লাইনা, ... অবাম্বা পোক্তবা লাইনা কযা মরুমদা কান্নবা ফংই য়ানখি।

মতম চাদনা অহল ওইশিল্লকপা হাযবা অসিগী হৌরকফমদি :– পুন্সিদা হৈনিংদবা, সুম-সুম চোকথহনবা, অচম্বা লাইনা অমদগীসু ক্রোনিক হেক্তা ওইহনবা, চানিংবা লৈহন্দবা, অৱাংবা থাক্কী পাংথোকনিংবা ৱাখল ৱাৎহনবা, অসিগুম্বদগীসু অহল ওইশিল্লকই। অদুনা হকচাং ফনা থম্বা, ৱাখল চাওথোকপা, অৱাংবা পম্বুং থম্বা, হৈনিংবা শক্তি, ভাব ফবা অমদি নুংঙাইথোকপা হায়রিবশিং অসিনবু লৈত্রবদি ঐখোয়না অহল ওইশিনবদি সোয়দ্রে। মখোয়শিং অসি হকচাং ফবগদি শাগোন্নরিবা ঙাকনি।

ইশা ইশানবু পনখিবা প্রেক্তিসশিং অসিবু থাজনা চৎথরবদি মনুং মতম চাদনা অহল ওইশিল্লকপা, লোইননা অহল ওইশিল্লকপদগী কনবা ঙম্বা য়াই। সাইন্স ওফ লাইফ বুকসকী মত মতুং ইন্না - মীওইবগী হকচাংনা শরেপ ফারকপা অদুগী শরুক মঙাদি পুনশিগনি হায়রি। অদুনা তাইবং মীগী শরেপ ফারকপা অসি চহি কুনমঙাদা ওইরবদি- মীগী পুন্সি অসি (২৫X৫=১২৫) চহি ১২৫ ওইবা য়াই হায়রি। অদুনা একসিডেন্ট অমদি নম্ফুগী থৌদোকপু নত্ত্রবদি মী অসি চহি চামাদি পুনশিবা য়াই। হায়রিবা পূম্নমক অসিগী মথক্তা হকশেলগী নিয়ম কায়বদি য়াদে।

## (২৫)

## ঐ-ঐগী ওইরিবা ফিভম অদুদা চূশিন্ননবা লেনবা তাই।

অসুম্না হায়নৈ , নোংদম্বা লাই অদুনা মর্তদা লেঙথবীবক্তুনা অব্রা অনা তাববা মীওই পূম্বা কৌথোকপীরে ; অদুগা লাওথোকপীখি:– "নখোয নখোয়দা ফংলিবা অব্রা-অনা-অয়েকশিং অদু পামদ্রবদি অতোপ্পা মী অমদুনা ফংলিবা অব্রাবা অদুগা শিন্নবদি য়াগনি।" মদু গবদা হাবা কংখুনা নাবিবা মীওই অদুনা পুক অথিনবনা নারিবা মীওই অদুগা য়ানদুনা মখোয় অনৈগী অনাবা হাযবদি হারা থুংবদুনা পুকথীনবদু লৌশিল্লে; অদুগা পুক থীন্দুনা য়ানা-বানা খাঙলম্বা মীওই অদুনা ঙাইহাক লৈতনা হাবা কংখু খুদুনা লেনখবে। অসিগুম্বা অব্রা অনাশিং অদু মহৈ মহৈ অমগী অদুনা খবা খিং নুংঙাইবমগদবোমই খন্দুনা ওম্থোক ওনশিন তৌনরে। নুমিৎ খরা খাঙনবদা মহৈ মহৈ লাওনবক্লে :- হান্নগী লাইনা অদুনা খাঙবদা খবা নুংঙাই; অকোনবগী অব্রা অনা অসিদি খাঙবদা হেন্না য়ারে : "খাঙবা ঙমদ্রে - য়ারে - য়ারে", পুমনিল নিন্নখি। মসিদা নোংদম্বা লাই অদু অমুক লাক্তুনা মযামদা হংবদদি মশা মশাগী হান্ননা ফংলিবা অনাবা অদুদা হনজিনহনবিবো, মদুনা খাঙবদা হায়বদি পুন্সিগী চূশিন্ননা লেনবদা হেন্না নুংঙাইজরনি লাওনরকখি। হান্নগী অদুদা হনজিনহনখি। অদুনা ঐ-ঐগী ওইরি-ওইবিবা অদুদা হৈননবা খাঙবা তাই।

## (২৬)

# মতৌ করম তৌরগা পুক্লিংনা খঙবগী থাক অসি নিংথিনা পাঙথোকপা ঙমগদগে হায়বসিদা ....।

মীওইনা পোক্লকপদা মপোক্তগী কোন্নরকপা ফাষ্টক্লাপকী ব্রেন লৈবা মী অতাংবনি। অদুগুম্বা মশানা অদুম পঙদুনা পোকচরক্লবা লাষ্টক্লাপাকী মীসু অদুম মরৈ। ঐখোয়না থিরিবা উপায়দি অনি অসিগী মরক্তা লৈবা মীওইশিংদুগী খঙবগী থাক অদু খরদংদা ওইরবসু পাঙথোক্লকপদা চাওখৎ হন্নিংবগী পান্বেশিং অদুনি। মসিগীদমক্তা লম্বী তরেৎখক খনগৎচরি।

১। অফবা লাইরিক পাবা – লাইরিক অদু পারুরগা পুন্না থবক্তা খুৎ থানিংবগী ব্রাখল পোকহনবা, লোন-অদুদা চূনজবা, পাবনা পুক্লিংগীনি, শাজেন্না হকচাংগীনি।

২। মিৎনা য়েংবা খুদিংদা খঙনিংবা অমমমদি লৈগদবনি। নক্তবদি পুন্সিগী ফজবা অমদি অঙকপদু মাঙখিনি।

৩। খনবা অসিসু তম্বা তাই। ঐখোয়দি মহৌশানা তল্লি; ঈশিংগুম্না অথিংবা লৈতবা লম্বীরোমদা চেম্থগল্লি; পংঙাংতা ঙাংথোক্কল্লি; ঙাংলুরিবদুনা করি ওইরকপা খল্লুদে।

৪। অফবদা খঙনিং হৈনিংবা পোকহনবা তায়; নক্তবদি পুক্লিং হল্লি; লৌশিং থোক্তে।

৫। নিংশিংবগী শক্তিশিং অদু হেনগৎহনবা তাই :– (ক) নিংশিংগদৌরিবা অদুদা নংগী হৈনিংবা পোকহনগদবনি। (খ) নিংশিংলিবা অদুদা য়ৌনা থাজগদবনি – 'ঐনা নিংশিংলবদি' হায়ব য়াদে - ঐনা সোইদনা নিংশিংগদবনি। হায়গদবনি। (গ) নিংশিংবগী মতেংদি 'হন্না হন্না' চৎথবা অসিনি। (ঘ) নংনা নিংশিংগে খল্লিবা পোৎশক/মখল অদুবু মুন্না মশক খঙদোক্কদবনি। (ঙ) ভাবনা শারিবা অদুগা হৈশিংবা অদুগা অনি অসি শম্নহনবা তাই।

৬। করিগুম্বা ব্রাখল/ব্রাফম অমবু থুনা হেক্তা লৌশিংবা ঙম্বা তাই। ঐখোয়না মী অদুগী চহি, জাতি-বীজাতি, ধর্ম্ম অমদি নিপানি-নুপীনি হায়বা য়েংবা

তৌদনা মওোন্দগীসু লৌশিলহৌনবা শেম-শাগদবনি। ঐখোয়না মচুমলে হায়বা য়াদে। শেরান্নবা লৌবদগী ঐখোয় মিত্তাংবগুম অৱাবা ওইগনি। ঈশ্মরসন্না হায়খিবা লৈ :– "ঐনা উনরুবা খুদিংমক লশ্মী খরদদি, ঐঙোন্দগী ইথক থোংবনি।"

৭। অমতদা পুক্লিং লাকশিনবা অসি সুম-সুম হেনগৎহনগদবনি। মসিদা মিৎনা টেলিভিজন্দা, নাকোংনা রেডিওদা হায়বনদি মসি ওইদে। অদুনা অমুক্তা অনি পাংথোকপা তৌফদে। ফজপ্রবা লাইরিক অমা উরুরগা ঐখোয়গী হৈনিংলম্বা লশ্মী অদু হেক্তা মাঙহল্লোইদবনি। অদুগুম্বা মপানগী খোঞ্জেল্না ঐখোয়বু ওৎহল্লোইদবনি।

থবক থৌওং অদুনা অরুবা অমা ওইরবা নত্ত্রগা তন্থরকপা য়াবা অমা ওইরকলবদি ঐখোয়গী মচিন থৌনা হৈনিংবা পোকহল্লিবা অদুনা মাঙথরকলবদি- মদুদগী মিনিট মঙাগুম্বদং থাদোক্তুনা লৈথোকউ। অদুদগী অমুক হন্না জ্ঞান তাহনবা অমদি হৈনিংবা পোকহনবা ওইহল্লু। অসুম তৌনা নমাংদা লৈরিবা অপনবা কয়াবু ৱাতাইশিন্দুনা নংগী হান্না লৈজরম্বা অচৌবা-অৱাংবা আশা অদু ফংনবা অমত্তা ওইনা পুক্লিং লাকশিনবা অসি হেনগৎহনগদবনি।

## (২৭)

## সনা পায়বা নিংথৌমচা অমগা খুৎপায় (পাঞ্জিকা) পায়বা মন্ত্রিমচা অমগা করম্বনা লাকচগে হায়বা বিদেশ চৎনরগা খঙই।

নিংথৌমচাদু মানা পুবিবা সনা অদুনা মরম ওইদুনা অৱাবা কযা নংখি; মমৈদা সনা লোইনমক মুনবিহৌরে। লাইগী নোংদমদগী উমং অমদা নিপা মাগা অনিনা খৎনরম্বা মওং অদু থেংনখি। ৱারীদি :— মচিন মনাওদু মপানা থনশ্মা থেঙ্গু য়াইওইবা অমা মুন্নবগী ৱারীনি। নিংথৌমচাদুনা অনিসিগী বিচার তৌখি। মদুদি মখোয় অনিবু লাপতক্লনা চৎথোহনখ্রগা, থেঙ্গু অদু মানা থাঙ্গত্তুনা পায়গনি; মমৈদা মানা (নিংথৌমচানা), হৌনা "স্বা" হায়না লাওরকপদা

অনিদুনা কন্না চেন্নরক্লুনা ঙসাইগী থেঙ্গু অদু পায়বা হানবনা লৌগদবনি হায়না বিচার তৌখি। য়ানরে; মখোয় অনি লাপ্না চৎনখ্রে; তাঞ্জা অদুদা নিংথৌ মচানা নাশোন্দা হাইজিন্দুনা থেঙ্গু পুরগা চেল্লকখি, অনি অদু মপাগী থেঙ্গু য়াইওইবা অদু ফংখিদ্রে।

অদুবু অরাবদি - নিংথৌ মচা অদুনা মতম খরদি থেঙ্গু য়াইওইবা অদুগী মপান্না নুংঙাইনা লেল্লগা, দেশ অমদা রাজ কন্যা অমা থেংনখি। মদুদা মাগী দশা তাখি। রাজ কন্যা অদুনা সনা-লুপানচিংবা মানা পীয়ু হায়বা মখৈ নুমিৎ মঙানি চুপ্পা হুনবা ঙমলগনা রাজ কৈন্যাদু লৌবা, ঙমদ্রগনা মী অদু মরু কোকথোকহল্লগা কন্যাদুগী ঈশিং হোলহনবা হায়বা নিয়ম অমদি চাওনা থেক্লুনা লৈ। নিংথৌ মচাদু থেঙ্গু য়াইওইবগী মপান্না সোয়দনা হুনবা ঙমগনি খল্লে, অসুম্না চৎথবা হৌরে। নুমিৎ ৩ নি, ৪ নি, অদুদি ইকোম কোম্না হুনবা ঙমখি। মঙানি শুবা হুনগদবা নুমিৎকী অয়ুক অঙনবদা রাজ কৈন্যাগী দুৎ খরনা খঙনরক্লদুনা মাগী থেঙ্গু য়াইওইবা অদু লোন্না হুদুনা পুবিখ্রে। রাজ কৈন্যানা সনা খাঙেন অমত্তং পীরকউ হায়বদা হুখ্রবনিনা পীবা ঙমদ্রে; নিংথৌ মচাদু অরাফম তাদুনা রাজ কৈন্যগী ঈরুজবা লোইরকপগী চাইথনবা ঈশিং হোলহনখি।

অমরোমদা মন্ত্রি মচা অদুনা মায়কৈ অমরোমদা সুম-সুম কোয়রুই; পাঞ্জি য়েংদুনা চাবা থকপদি রাদ্রে, খরা লৈরগা মাগী মরুপ নিংথৌ মচাদু থীরকপা ওইনা সুম দেশ কোইরকপদা — মী (প্রজা) অমত্তা লৈতবা দেশ অমদা থুংলুরে। সুম-সুম চংশিল্লকপদা কোন্নুং মনুং য়ৌরে। মী অমত্তা লৈতে। ফজখ্রবা পুখ্রি অনিখক খম্ব্রাংননা লৈরম্মী অমনা থম্বাল ফজনা শাংলি, অমনা করিমত্তা হৌদে। মনা চিংনৈ, থম্বাল হৌবা পুখ্রিদা কুমথদুনা, থম্না খেঞ্জোং রাংনা থীঙ্গৎপা অমগী মরুমদা থুপ্পুনা লৈরে। ঙাইহাক লৈরগা হিংচাবী অমা ঙ্রুং-ঙ্রুং ঙংলদুনা পুখ্রি মপান্দা হৌবা হৈনৌজোম পাম্বী অমগী ময়াদা লেপ্পুনা লৈ; অদুগা উথক অদুদা পুন্দুনা থনম্বা য়োং মচা অমা লৌথরক্লগা মানা (মন্ত্রিমচানা) থুপ্পুনা লোৎলিবা পুখ্রিদা লুপ্পীরম্মী, অদুদগী য়োংমচাদু ফজরবী রাজ কৈন্যা অমা ওল্লে।

হিংচাবীনা মশুনুপীদুনা চানবা পোৎচৈ খরা পুথোক্লুনা পীজৈ। "ঙসিদি করিনো, মীরালককা লাকপ্রা, ইবেন্দি মীশা চানিংঙিদা ..."। "ইবেল কনামত্তা

লৈতে, সে পোৎথাবীকবো ...”। অসুম্না অনিমক পোখাখি। নোংঙাল্লে, হিংচাবীদুনা বাজ কৈন্যাদু অতোপ্পা পুখ্রিদুদা চুপ লুপ্পদদি য়োং ওল্লে, হান্নগুম্না উথক্তা পুন্দুনা থমখ্রে; অদুগা ঙংদুনা হিংচাবীদু পাযখি। মন্ত্রি মচানা পুখ্রিদগী কাবকলে; মানা মুন্না খল্লগা ভাব তারে; য়োং মচাদু পুথবক্তুনা ঙসাইগী মীওনবা প্রখ্রিদা লুপ্পীবদা বাজ কৈন্যাদু ওলহল্লে। চীংনদনা ব্রাবী পূম্বা শানবে। অনিমক লেপ্পবা অমা থমদুনা, হিংচাবীদু লাক্লগা মানা শিগদবা মওং পূম্বা বাজ কৈন্যাবু হংহনখি। পূম্নমক খংলে, মথংগী নুমিৎ অমদা হীংচাবী অদু ইমুংদা যাল্লিবা লীকুং থুদেকপদগী মখ্বাং তেকখি, তুম্বা অদু থুগাইবদগী মকোক কাযখি, ঊৎপুং অমদা লৈবা ঊংনা থীৎপদগী হিংচাবীদু শিবে। থীন্দন' পাত্র অনিদা পুখ্রি অনিগী ঈশিংগা, অমুক হন্না যোং ওলহল্লবী বাজ কৈন্যাগা পুদুনা মন্ত্রিমচাদু নিংথৌমচাগী মনাক্তা লাকখি। পুকচেল ফৎত্রবী বাজ কৈন্যা অমগী লাংদা মাগী মকুপ নিংথৌ মচা অদু দশা তাবে হাযবা খঙলে।

অকোনবগী বন্দি অদু মাগী মকুপ নিংথৌ মচানি হাযবসু খঙলে। ব্রাবী পুম্বা তাবে। ... অদুদগী মন্ত্রি মচানা নিংথৌমচাদা যোং ওনবা ঈশিংদু মাগী পাত্রদা খবা তাহনখি, মদু চাইথবদগী ফৎত্রবী বাজ কৈন্যা অদু যোং ওনখি। মপা নিংথৌনা মচাগী দশা অদুদা ব্রাজবদুনা – “ইচাবু অমুক হন্না বাজ কৈন্যা ওলহনবা ঙম্বীবা মীশক অদুদা ইচা নুপী থাজগে ব্রাশকখি।” মন্ত্রি মচানা ঙমর্জান হাযজখি। তৌবদদি বাজ কৈন্যাদু মাগী মকুপ নিংথৌ মচাদুদা লুহোংদুনা পীবিযু হাযনা যানবে। মন্ত্রি মচাদুনা মাগী মকুপ নিংথৌ মচাদুবু হান্নগী বাজ কৈন্যা অদু ওল্লকনবা, মী ওলহনবা ঈশিং অদু খিকহনখি। লেপ্পখিবা ব্রাফমগী মতুং ইন্না নিংথৌ অদুনা পেল্লদুনা অপংবা নিংথৌ মচাদুদা বাজ কৈন্যা অদু লুহোংবীখি; লোইননা মবৈবাক অদুসু পীথোক্লদুনা পালহনখি। মাগী প্রজা তংখাই অমনা খুন্তাক লানশিবম্বা লৈবাক্তুদা চংহল্লগা মন্ত্রি মচাদুবুসু পালহনখি।

# (২৮)

# ঈশৈগী নুংশিবা খোঞ্জেল্লসু অনাবা কয়াগী লাইয়েংনৈ।

কনাগুম্বী মমানা মচা অদু মনঙ্গদা পোশিল্লগা থাবল ফবা অহিংদা “থা-থা থাবুংতোন, নচা মোরাংবী পোবীগে, পোবী চনম নম্বীগে, হৈবোং মশা অমত্তা থাদরকউ, ...” অসুম্না মচানা কপ্পুনা নিংঙাই তৌরম্বা, তুম্মু য়াদবা অদু — নাওশুম ঈশৈসিনা থেমদুনা তূমহনখি। অসিগুম্না ‘খা-অফ্রিকাগী লমদম অমদা মমা অমনা অনাবা মচাদু ঈশৈনা লাইয়েংখি। অতোপ্পা ৱাবী অমনা, ৱাজরবী মমা অদুনা মচা অদু তূম্নবা উপায় কয়া তৌখি; তূম্মু-চাও হায়বা ময়াদ্রবদা মমা অদুনা বাঁশি মানবা ৱা মকক অমা মচিন্দা খোংদুনা মচাবু অহিংদা তুমহল্লি, মমৈদদি মচা অদু নুংশিবা সূর অদুদা তূমথখি। অদুদৈ তূমলবনিনা চানিংবা ফাওদুনা চাখি। মমৈদা মমা অদুনা মখোল অদু অমা অমুক ওনথোক্লুনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌবগী খোস্থোক কয়া তাহনখি। মচা অদু চাং নাইনা চানিংবা পোকলে, চেন চোংবা ঙমলে ফমুংদা তূম্নবা থনম্না মচানা হৌগৎতুনা মমাবু কৈথেলদা থিবা লাকখি, অনাবদু ফখি।

ঈশৈনা মীতবু নত্তনা অতৈ শা উচেকসু তম্বীবা য়াই। বেন্দ পার্টিগী মখোন্না লুহোংবা চৎপা শগোনবু খুরুপ মচাদা জগোইদৌনা চৎহনবা য়াই; ঈশৈ নুংশিবা তাহল্লগা শঙ্গোম শুম্বদা ঈরোই ফাওবা শঙ্গোম হেন্না থোকহনবা ঙমলি। বৈজ্ঞানিকশিংনা উপাল ফাওবা চাউখৎহন্নবা চাংয়েং কয়া চৎথরি।

ঈশৈ লাইযেং গায়না চৎথরা লাইয়েং অসিনা ঙসি — নামা শোয়রবা ৱাখল চোযরবা অহলগী কোক্তা বেডা চেনবা লাইয়েং কয়া লাইয়েংবা ঙমলে। ঈশৈগী শক্তিনা তাবগী শক্তি অদু খেন্নবা পুথবকই। চীন্নবু শক্লবসু নত্তগা আর্টনা ফোংদোক্লবসু — লোস্থোক্তবদা শারৈগুম্বা ৱাখল চোইরবা মীঙোন্দা ফাওবা ঈশৈ শক্তিনা মখোয়বু ৱাখল খঞ্জহনদুনা চাওখৎহল্লি।

পুক্লিংগী লাইনা অয়াম্বদি ঈশৈ-ঙংবা, মশা মতোমতনা ফোংদোকচরকপা মখলগী ঈশৈনসু পাথোকহল্লি। পুক্লিং (ৱাখল) লাইনাদি ঈশৈনা হিদাক্তগী ফাওবা হেল্লি। অনাবা কয়া অমদি ঈশৈগী শব্দ, খোস্থোক

অমসুং নিংশিংবা সুম-সুম তম্বদগী ফহনবা ঙম্মী। ঈশৈগী যন্ত্র অমা নক্তগা অমদি তম্বা ফৈ।

পোৎথাবা অমা ওইনা — জেলদা চোকথরবা কয়া, হোস্পিটালগী অশোল অনা কয়াসু ঈশৈগী নুংশিবা খোঞ্জেল্লা মখোয়গী ৱাখলশিং অদু পোৎথাজবা ঙম্মী। অসুম্না, চাবোকপীগী কেস. থাং থাবগী কেসতসু ঈশৈ ঈংনা তাহন্দুনা মৈচাক কয়া খাঙজবা ঙম্মী।

ঈশৈ অমসুং ঈশৈ লাইয়েং অসি মিউজিক কলেজ, মিউজিক ইউনিভর্সিটিনচিংবদা বিছার্চ কযা চংশিন্দুনা মমৈদদি (কুনমাথোইশুবা সতাব্দি অসিরাইদদি) মাঙন-তাক্লবা যাবা হিদাক কযাদগী, হুচেনবা হিদাক কয়াদগী, অর্মদি মমল হেন্না তাংবা হিদাক কয়াদগী খর কোমননবা ঈশৈ লায়েংদা চৎথবকপা য়ানা লৈ।

## (২৯)

## জীবদা ঈশ্বরগী থৌজাল মশীং লাকঙমদে

শীংথাদুনা লোইদে, ঈশ্বরনা জীবশিংদা পীবিবা থৌজালদি। পুন্সি মাসদা নুংঙাইথোক্লুনা পানবা হাযবা অসিদা ঙাইহাকসু ফাগী ফাবাং তৌদুনা পেংংরাকপগী মথৌ তাই। ৱাখল অসিসু অফবা ওইনতা খনবা অসিনা লাকচনবকই। শারবা মরু ভুমিগী লৈংেেত মথক্তা লৈবরা ফাওদসু ঈংলবা সমুদ্র মপান্দা লেবির্মা খনবন। হরাখং খাঙ-ঙম্মী। অফবতা হনগনবা মীনা ঈশ্বরগী থৌজাল অর্মদি নুংঙাইব হংডি। "ওযেংদি খনা খিং ফনক্নদা" খন্দোকপনা খাংবদা নুংঙাই।

অচৌবা মীশিংগী খোঙ্গুল তুংইনবনা ঐখোযগী পুনাশবু অরাংবা লমদ লমাজংবী। সেক্সপিয়ারনা মশাদা অপোম অতচনা নাদুনা রাববা মতমদা মাগী "হেমলেট" হায়বা ড্রামা ইখি। হান্দোলনা - মাগী খুাইদগী ফজববা ঈশৈ ইখিবা মতম অসি ডাক্তবাশংনা মাগী হিংগদবা পুন্সি অদু থা খরতা মঙাইরে হাযরবা মতম অদুদা ইখিবনি। রাজভেলটকী চহি ৩৯ শুবকপা মতম অদুদা মাগী অহকপা লাইনা অমনা নারদুনা মপুনশি অদু কান্নদ্রবা অমা ওইরনি হাযনরক্লবা মতম অদুমক্তদামানা হঞ্জানবা লৈতে, — অমসুং হাযখি,:— "পুন্সি

অসি হৌজিক্তা হৌগৎলি।" অসুম্না নিংবা কায়বা তৌদনা হোৎনজবদগী ইউ,এস,এ, গী প্রেসিডেন্ট ওইদুনা পানখি।

অসুম্না নিংবা কায়বা তৌদনা কন্না হোৎনজবদগী ঈশ্বরগী থৌজাল ফংখিবা কয়া অমা লৈরি। য়েংবিয়ু :— খোঙতেকপা অমনা মাগী চৈশু অদু শুর-শুরদুনা চৎলগা মীয়াম তীনবা মফমদা মাগী মশানা শাজবা পোৎচৈ কয়া য়োন্দুনা মপুনশি হিংলি। লৈশাবী মিত্তাংবী অসিনা মার-মারদুনা মখুৎনা ফজবা পোৎশক কয়া উরি, অমসুং ফজৈদা হায়না ফোংদোকলি। অসিনি ঈশ্বরগী থৌজাল। সিদবু ঐখোয়— মিৎ-না লৈরিবশিংনা ৱারুফম, ৱাকৎলুফম লৈরিব্রা ? তশেংনমক— ফিভম কায়বা অমদি কায়দবদা নত্তে,— ঐখোয়গী অৱাংবা অমসুং নুংঙাইবা'। ঈশ্বরদি থাজনা থবক তৌবদা থৌজানবী।

## (৩০)

## থবক্তা খুৎ থাদুনা চৎথবগী হিংবা মহিংনা, জ্ঞান্না খন্ন-নৈনদুনতা লেনবগী হিংবা মহিংদগী হেন্না ফৈ।

মতম অমদা পণ্ডিত অহুম্না ঈপাক অমা লাম্থোকনবা হি অমা তোংলম্মী। কবি অদুনা উশিত্তনা হিহোনবদা —"কবিতা ইবা হৈব্রা ?" — "হৈজদে"। অঙ্ক হৈবা পণ্ডিত্তুনা "অঙ্কদি হৈব্রা ?" — "হৈজদে।" সাইন্টিশ অদুনা —"ফিজিক্স, কেমিস্ট্রি হৈব্রা ?" — "হৈজদে" অদু ওইরবদি মখোয় অহুম্না মথং মথং হায়রকই :— কবিদুনা "নংগী পুনশি অদুগী শরুক মরীগী অমদি মাঙজরবনি।" অঙ্ক হৈবদুনা - "নংগী পুনশি অদুগী মরীগী অনিদি মাঙজরেদো। সাইন্টিনা- "নপুনশিগী মরীগী অহমদি মাঙজরেদো অপংবা" হিহোনবনা মখোয়গী কুবুদ্ধি অদুদা নুংশিরক্তুনা, হি অদু ঈপাক্তা হুরু-হুরু লৈহল্লম্মী, অদুগা হায় — "হি অসি হৌজিক করম্না তৌবা তারে ?" পণ্ডিত অহুম অদু শিগনি খন্নরকলে, খুৎ থাবদি হৈতে। অমসুং অপংবনি শীংথারম্বা হিহোনবা নিপাদুদা হায়জরম্মী— "নংনা খুৎকী হৈশিংবনা ঐখোয়বু কনবিয়ু'। হিহোনবনা "ও ! নখোয়গী নপুনশিগী শরুক... মরী থোকপগী মরীদু মাঙজরবনিকো, পণ্ডিতশা !" — কনবদি কনবিখি — সিনি।

## (৩১)

# অদু-অদুগুম্বা থবক্তুদি ঙমলুরগা মদুগী মতুংদা করি ? ... য়েংশি মতুংদা করম্বা মমি তারকই।

১। মীওইবা অসিনা তৌরিবা অসিসু অঙকপা অর্মান। তাইবং মীনা আকাশদা থোক্লিবা থাদদি য়ৌরুবা (চৎনরুবা) ঙমলে, অদুবু-ঙসিগী মীনা নাপী মকা অমফাওবা শাবদি ঙমদ্রি।

২। মীনা ঙমলিবসি তীল-কাং মাঙহনবতনি, লম্বীদু মাঙহনবতনি, শাগৎপদি করিমত্তা ঙমদে।

৩। ঐখোয়গী (অপাম্বা) অনিংবশিংদুনা ঐখোয়না হৌজিক্তা হিংলিবদগী থীংবি।

৪। হোসপিটালদা লৈবা অনাবগী মশীংনা হোসটেলসতা লৈবা লমকোযবা মশীংদগী হেল্লি।

৫। অশম্বা লম্বী হায়বা অমুক লৈত্রে; খরা ফগৎপা লম্বী থীবতনি।

৬। ঐখোয়না অতোপ্পগী অবানবশিংদগীদি তম্বা য়াই, অদুবু, ঐখোয়না ইশানা খঙজবদগী হোংদোকচবা অদুগীমখৈতনি।

৭। ঐখোয়না হৌজিক হৌজিকমক নুংঙাই হৌদ্রবদি কৈদৌঙৈদসু মদু ওইররোই।

৮। কনাগুম্বা মী অমনা থবক অমদা ফজনা মপুং ফানা হৈরবা অমা ওইবগে থীরিবা মীশক অদুনি আর্টিশ (ললিতকলা) হায়বদো।

৯। অদুগুম্বা মীওইশিং অদুনা অতোপ্পা মীশিংবু থাক হন্দবনি হায়না লৌরিবা মখোয় অদুনি,– মহৌশানা, মখোয়বু হেঙ্গৎপা থাক্কী মীশকনি লৌনরিবসি।

১০। তোয়না তোয়না, ঐখোয়না – মরুপ মপাং, পায়রুবা থবক, অমদি মতু ... ফাওবা হোংদোকই, ঐখোয় ইশা অসিদি হান্নদগী খক হোংদোকতে।

১১। মীপোৎ-মীরল পাম্বগী থবক অসি অসুপকী মতীক কনখ্রে, মদুদি মখোয়না লৈজরিবা অদুদা খক নুংঙাইজবা ঙমদে।

১২। মপা মমাসু নুংশিদ্রবা মখোয় অদুনি – মপা মমা লৈত্রবা মচা হায়বদো।

১৩। ঈশ্বরনা ঐখোয়বু শেম্বীরকই; অদুগা সমাজনা ঐখোয়বুদি ৱায়েল্লি।

১৪। অরিকপশিংনা খক হোংবা নাইদনা তাঙলবা/মমল য়াম্লবা অরানবশিংবু শেমগৎলি।

১৫। ঙাইহাক নুংঙাইথোকপা পেন্থোকপা হায়বা অসিদি তশেংনমক নুংঙাইবা হায়বা অদুগী ওন্থোকনা য়ামখিদ্রবা মহুৎ শিনবনি।

১৬। হাংদোকপদা খ্বাইদগী লুরিবা পোৎশক্তি — চেৎনা খুমজিন্দুনা থমগ্রবা পুকনিং অদুনি। ... অসিনচিংবা।

## (৩২)

## পুক্নিং লাংতক্লবা অমদি খোয়রাং খোয়শাওবদগী কোমথোক্লবা উপাই।

১। ঐখোয়না করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা থোকলকপদা পুক্নিং অসি মদুনা চেৎনা পুনশিন্দুনা থমখি। অদুগুম্বা খোয়রাং খোয়শাওনবা অদুনা হৃকচাংদা অমদি শিংলি নাওরিদা তাইনদে, পুক্নিংদা (থম্মোইদা) কন্না শোকলকই। অদুদৈ ৱাখল খনবা হৌঙ্গিল্লকই।

২। অদুনা মসি কোক্লবা পাম্বৈদি - লাংতক্লবা ৱাখল অদু কাওথোক্তুনা অয়িংবা ৱাখললোমদা খনবা হৈনবী অমা থম্বা তাই।

৩। নির্তিগী ওইবা প্রেক্টিশ অমদি লৈবা তাই — মদুদি :— "ঐনা হৌজিক শাওবম্বা পূম্বা লৈত্রে, নিংবা কাযবা লৈত্রে, হঙ্গোইবা লৈত্রে, পুক্নিং ৱাহনবা লৈত্রে, পৃক্তা অমকপা অমত্তা লৈত্রে," হায়না পুক্নিং ফাজিনগদবনি অসুম্না চৎথবনা পুক্নিংদগী মিৎনা উবা পোৎশক্সুম্বা শেঙদবা, অমকপা ঈচেল অমা চেন্থখিবা থেংনগনি।

৪। অসুম্না চৎথবনা অতোপ্পা মায়য়োন অমদা অমুক হৈনহনবা তাই - মদুদি, "ঐ হৌজিক্তি পুক্নিং ঈংলে, মীনুংশি ফাওরে, অশেংবতা খল্লে, ওল্লাংবা লৈত্রে, অচুম্বতদা তৌবে," হায়বা ৱাখলগী মমিঅমা তাহনবা অদুনা ঈচেল ওইনা পুক্নিংদা চেনশিল্লক্কনি, মদুনা পুকচেল অসি সুম সুম শেংদোকলক্কনি অমসুং নৌথোকলক্কনি। মসি নোংমদা অনি-অনিরক পাংথোকপা তাই।

৫। অসিগুম্বা ৱাখলদা কোমথোকহনবা অসি চাং নাইনা শাজেল শানৌ, মরক মবক্তা স্বব লেপ্পগা, স্বর শাঙনা অহুম অহুমলক থাদোক থাজিল তৌ; স্বব হোন্দোকপা অদুদা অসুম্না হায়য় :- "ঐনা লাংতক্লবম্বা ৱাখলশিং অদু হোন্দোকখরে।" স্বব তোঞ্জিনবদনা "ঐনা শান্তিগী ৱাখল চিংশিল্লে।" খল্লু।

৬। অদুদৈদি চৌকিদা চপ তীঙনা ফমথবগা, কোক্লা ঙাথদুনা তুমিন্না পোৎথাও।

৭। অদুগী মতুংদা ভাপ্পা চীংশিন্দুনা পূর্ণিমাগী থাজনা চীকনা চেনবা ঈচেল অমগী মথক্তা ঙাল্লি, খোযবাংবা নুংনাংবা পূম্নমক কাওদুনা ফজবা দৃশ্য অদু মিনিট অনি বোমদং পুক্লিংগী মিৎনা যেংজৌ।

৮। অসুম্না অচিকপগী ফিভম, মোংহাদবা, উন ৱাইমুক চীকপা মফমদা শৈশক ৱাতৈ অমা শেমদুনা মখোযশিং অদুগী খোম্থোকশিং অদু মথং মথং মতম-কক্লা নুংশিবা খোঞ্জেন্দা শৈশকউ, নত্তগা ধ্যান তৌ।

৯। পুকচেল শেংবা অমগী মাইথোং অদুতনা হু-চেল্লবা লাংতক্লববু হেনগংহল্লিবা পুকচেল অদু মুথৎপা ঙমগনি।

১০। ঙাকপী হৈবা অশিতনা মখোয়শিং অসি লৌথোকপীবা ঙমগনি : নুংশিনদবা, তুক্কচবা, ঊবদা হেক্কা শাঙনিংবা, কল্লকপা,... মখোয়শিং অসিদি মী ওইবগী পুকচেলব চবাংনহনবা মখোয়গী ঙাকপী হৈবা হায়বা আসনা তুংলবত্তদা নুংনাংবা হায়বা লাইনা অদু কোক্কনি। পুন্সিদা শান্তি ফংদুনা পুন্সি লেনগনি।

## (৩৩)

## হিংদুনা পানবা পুন্সি হায়বসি নুংঙাইদুনতা লৈগদবা নত্তে।

কনাগুম্বা মী অমনা পুন্সিবু নুংঙাইবা ঙাক্তনি হাযনা থাজম্নবদি মহাক অদু অরা অনংগী অমোৎপা চৈফুনা শোক্কনি। অসিগুম্বা শেবান্নবা খলহনবা ৱাখল অসি মিত্তা অবংবা উবা, মশেল মবাংবা ৱাখল চেনবা নহাবোলশিংদনা হেন্না অতৈদগী তূংদুনা লৈগল্লি। মবম অদুনা নহাশিংদা নত্তনা খনদনবা শেংনা

হায়দোকপা ফৈ। থোমাস হার্ডিগী "টেস", সেক্সপিয়ারগী "জুলিয়েৎ'তা তাকলি, মদুদি :- পুন্সিগী নুংঙাইবা অসিদি মরক মরক্কী ৱানি, কল্ল কল্লবা য়েক্লবা কয়া লাম্লেংনরবা তুংদা ফংবনি।

ঐখোয়গী অকোইবদা কয়া অমনা থিরি :- নুংঙাইবা অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবা; অদুবু নুংঙাইবা হায়বা অদুদি য়াম্না ফবদা অমদি খঙবদা ৱাবা পোৎশক্লি। পুন্সিদি চন্ময়্নরবা পাখোংনি, নুংশিনরম্বা নক্লবা কয়াগী কায়ননবগী খুদম অমদি মতমনি, অমদি অকিবা থৌদোক কয়ানা কোয়শিল্লিবনি। লাঞ্জাও অমদা অমাঙবা থোকপা শীংথাদুনা ঙল্লরোই; অদুগা খম্থদুনা য়েংশি :- সিপাহী অমনা নিংঙাইদনা লান্নুংদা হাউনা চা-থক্লি; অদুগা মানা হাৎলম্বা মরুপ- সিপাহী কয়া কয়ানা লৈমাযদা তাদুনা লৈরি। খরা খিৎ নুংঙাইথোকপা মীওইশিংগী অকোয়বদা লায়র-চুদংনবা চরাহেনবা কয়া অমসু লৈরি হায়বা খক খল্লুদ্রিনে।

পুন্সিগী মপুংফানা চুমলবশিং অসিবু কাওথোক্কুনা মসিদি নুংঙাইবতনা থল্লবা মং অমনি, স্বর্গগী নুংঙাইবতনা থল্লবা লৈবাক অমদা লৈবগুম্বনি খল্লিবা মহাক অদো খ্বাইদগী ৱাংনা পঙলবনি। পুন্সি অসিদি, চাংয়েং, অৱা অনাগী ফিভম,তুংগী ৱাখল খল্লুবদা অকবতা ওইবা, অমসুং লানগী লান ঙাক্কুনা থল্লিবনি। কনা অমনা লাইবক্লা তমলবনি হায়না অৱাবা কয়া খাংলি; অমরোমদা খিত্তংতা নুংঙাইবকপদা নুংঙাইবনা মপান নাইদ্রে হেক্তা খল্লিবগী শেরান্নবশিং অদু মনুংদদি ইওই ওইদবা পুন্সিনি।

মমাংঙৈগী সেমুয়েল জোনসন,ইংলিশ কবি, অমসুং অব্রাহম লিঙ্কোন, প্রেসিডেন্ট ওব ইউনাইটেদ ষ্টেট' মতমদুগী লায়রবা কোক্লবা হোৎনবদা পুন্সি চুপ্পা ৱানা লেনখি। যিশু খ্রিষ্টপু মীচম প্রজা অমগুম্না, আইন কায় হায়দুনা পাং তীংলগা হাৎখি। ফ্রেন্সকী হিরোইন, জোন ওব আর্কপুসু উচুক অমদা পুল্লগা হিংনা মৈ থাখি। অদুগুম্বা ধর্ম্ম তিন্নদবগী ওইবা মখোয়গা চান্নদে হায়দুনা - মমিং চৎলবা সাইন্টিস্ত - গেলিলেও, অমসুং কোপরনিকসপু কয়াদা ওৎ-নৈবিখি। অদুবু মমাংঙৈগী মীওইশিং অসিনা অৱাবা তারুবদা লীংজেলফবা অমসুং পুক্লিং চপ য়ুংবা অনিশিতনা পুন্সি মহৈ য়ানখি।

নিংথৌ, নিংথৌরেলগী পুন্সিশু নুংঙাইবা ঙাক নত্তে। ইতিহাসতা ৱারী কয়া ফংঙি - নিংথৌ কয়ানা মরৈবাক্তা লৈবা ফংদদুনা মীচেল ওইবগী

অৱাবা পুন্সি। নোংদম্বা (খ্বাইনা হায়নবা) লাই অদুনা মী মী অদুদা চাংয়েং কয়া য়েংঙি :— মাগী লম্বী অদুদা খুদোং থীবা কয়া থম্মী। চাংয়েং অদুদা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনিমক ঈরোইনৈ। ঐখোয়না উবা ফংঙি :— অৱা অনাগী মরক অদুদা মী অদুগী হোংদোকত্রবা 'মরীল, নক্তগা অয়ম্বা'। খাঙবা কন্না হোৎনরিঙৈ অদুনি পুন্সিগী নুংঙাইবা হায়বদো।

থবক্কুনি পুন্সিদিস্বামি ভিবেকানন্দনা ভারত মচাবু "কর্ম্ম বির" ওইবা পাম্মি। শান্নরোই কয়ানা অমদি সিপাহী কয়ানা ৱাহল্লগা থকশি খাসি অমসুং মীয়াম তীন্নবগী থম্মোই কনখৎহল্লি। থবক্কুদা থাজবা অমসুং থৌনা অনিদা লৈবে – 'স্বর্গ অমসুং নোবোক্কী ৱাফম'। অদুনা পুন্সিবু নিংবা কায়বা খক তৌদনা অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা অনিগী ময়াইদা আশানা হি ওইদুনা থাজবনা নৌ ওইদুনা হোন্দুনা পুন্সি লৈনগদবনি।

# (৩৪)

# অচম্বা থৌদোকপুসু হেন্দোক থোইদোক্না লাঙদুনা চৎথবা তাই।

থবক অমা থোকলকপদা উজোম (খুজিল-থৌরাং) চাওনা লাংবা হায়বা অসি থবক অদুদা অচৌ মচা খায়গদবা নত্তে। অরায়বা অচম্বা থবক্কনা হেন্না খঞ্জিন্দুনা চৎথবা হায়বা অসি মহাপুরুষ কয়ানা য়ানরবা খুদম ওইনা থম্বীরম্মী।

বৃটেনগী ষ্টেসমেন, উইনস্তোন চর্চিলবু - সর্কস পার্টি অমনা লন্দন সহরদা মখোয়গী অহানবা সো য়েংবিরনবা বার্ত্তন, অমা কৎলকই। মাদি শংদ্রে, অদুবু ওম্বোক্না হকচিনবা মওংদা চিঠি অমা হল্লকই;- "বার্ত্তন ফংজরে, থাগৎচরি, ঐ মাংজৌননা লাংজবা থবক অমনা মরম ওইদুনা অদোমগী অহানবা সো অদুদা লাকচররোই; অনিশুবা সো লৈরবদি ঐ মদুদা লাকচগে" সিনি।

নেপোলিয়ন্না রসিয়াদা লান্দাবা মতমদা হনুবী অমনা হায়খি; "নখোয় ফ্রান্স মেন্না লান্দারকপা অসিবু - লম লৌশিন্নবা, লন-থুম ফংনবা, অমদি নুপী নহাশিংগীদমক্তনি হায়বসি চুম্বা ?" মদুদা নেপোলিয়মগী মাইকৈদগী য়াম্না

শাওনৈ - থাং শংনৈ। অদুবু নেপোলিযন্না ঈংথহল্লে, নোক্লদুনা "ইমা! নংনা হাযবিবদু চুমই; ঐসু য়াই; লান শোক্লবিবসে মখোযদা ফংদ্রিবা অদুগীদমক্তনি।" অসুন্না লুনা ৱাতেমখি।

আমেরিকাগী ফাগী হৈবা, নোভেলিষ্ট - মার্ক ত্বাইনবু পব্লিক্কী মীযাম ৫০০০ তীনবা মিটিং অমদা ৱা ঙাংনবা বার্ত্তন তৌখি। মদুদা মীযামদু নিটিগী পুং ৭ তাবদা নুমিৎ নিনি চুপ্পা তীর্নখি, মাদি লাকখিদে। মীয়ামদু শাওনৈ, হুমনি শুবদদি চামঙাদা তিনখি। মহাক লাক্লগা হাযখি - "ঐ হৌখিবশিংদু থবক থোইনা লৈতে; মী লিশিং মঙা পাক্তক্লনা তিনবর্বুদি অখন্ননা পামলবা, মচি ওইবা মী চামঙাদুদা ঙাংজগে হাযদুনা তৌজবননি।" শাওনবন্না মীযাম অদু নের্মখি অমসুং ৱাফম অদু থুনা লৌশিনবা ঙমখি।

সভ্য জগৎ অসিদা মশাগী পার্সোনেলিটিদি ঙাক্লা চংথবা তাই। চিবম খুদিংদা খবদং খন্থদুনা যান্না চেকশিন্না খুৎ থাবা যাবে খঙলবা অদুতদা মশাগী সাহ অমসুং সিল নমগদবনি।

মশাগী অশোযবা অমদি হৌগ্রবা অবানবা কযাবু মচিন্দা থোক থোক হাযদোক্লদে। জেন্টেলমেন অমনা লাইফ ইনসুরেন্স পোর্লিসি অমা যাওবগী মতাংদা, কম্পানিগী চৎনবী মতুং ইন্না - ৱাহং খবগী পাউ খুম পীবা ত্রুবন্মী, মদুদি - "নপা নমা হিংলিব্রা ? শিবগনা মতৌ কবন্না শিখ্রিবনো ? শেংনা তাকলকউ," অসিনি। মতাং অদুদা নিপা অদু বৃদ্ধ চোইবকলে, মবর্মাদ মাগী মপা অদু অশেংবদি কাবগুন্না মবাল অমদগী থাসি তৌদুনা শিখিবনি। মতাং অদুদা মানা খবদং খন্থবগা অসুন্না খুমখি - "ঐগী ইমা অদুনা চহি ৬০ শুবদা হার্ট এটেক তৌদুনা শিখ। অদুগা ইপা অদুনা ওফিসকী ফংসন অমা যাওবদা মযামগী ফন্বাক অদু কিন্থদুনা একসিডেন্টা শিখ।" অসিনি।

অদুনা ঙসিদি, নংগী পাংথোকখ্রিবা থবকশিং অদুনা নশাগী পার্সোনেলিটিবু চাওনা মযেক লানা ফোংদোকহনবা তাই।

## (৩৫)

# অহল ওইশিলক্লবসু নহা ওইনা থম্বা ঙম্নবা পাম্বে।

মী খুদিং অহল ওইজববসু মশাদি ফনা থম্না যাই — অঙাং ওইর্বিঙৈদগী হৌনা মখাগী নিযমশিং অসিবু ঙাক্লা চৎলবদি।

**শম্লপ্পা নিয়ম খরা :–**

১। হকচাং ফনা নোযপেন্নবগী থবক্তা চংবা চিঞ্জাক ব্রাৎপদগী খ্বাইগী ওইনা - হকচাং শোম্থবকপা, যারিদগী ঈ থোকপা, খুযা শাবা, শজিং হৌবা তুম্বা যাদবা কযা থোকলকই। অদুনা বেলেন্স ডাইট হাযনা খঙনববা মখল শুনা যাওববা চিঞ্জাক চাগদবনি। কা হেন্না থুম মক মবাং থাউনচিংবা চাবা থিংগদবনি। নোংমদা ঈশিং গ্লাশ ৮ দগী ১০ ফাওবা থকপা ফৈ।

২। শাজেল চাং নাইনা হকচাং শাজেল তৌবতনা ঈশিং পুকচৎ, হার্ট এটেক্টনচিংবা লাইনা কযা চংবা ঙমদে। নোংমগী পুং অমবোমদি তঙাই ফদনা খোংনা চৎপা তাই। অহকপা শাজেল তৌফদে। অযুক অমসুং নুমিদাংব্রাইদা হুমাং থোকপা যাবা শাজেল অমদি তৌবা তাই।

৩। খংনোয নোযখৎলকপা, লূম্বা হেনগৎলকপদগী হকচাং পংথবা লাযনানা নাবা, হার্ট এটেক্টনচিংবা লাইনা কযা পোকলকই। অদুনা হকচাং অকম্বদু ঙম্থহন্নবা মবেক মহাওগী চিঞ্জাক চাং কযা কক্তুনা, মৈশা পোকহনবা যাবা চিঞ্জাক (কেলোবিজ) চাং নাইনা চাগদবনি।

৪। লু তাং চাকপা, তাংদা পোম্বা অসিঙুম্না মখলগী লাইনা অসিসু হকচাং থকমনবকপদগী থোকলকপনি। অদুনা খুকউ, খুজেং ... লেঙ ওৎপগী শাজেল কযা তত্তনা তৌবা তাই। অইং অশু কাবদি শাজেলতনা ফৈ।

৫। মৈখু থকপা, যু, ড্রকনচিংবা হু চেল্লবা কযা অসিনসু মী ওইবদা - টি,বি, হাবা, লঙ্কস কেনসবর্নচিংবা লাইনা কযা পোকহল্লি। মৈখু থকপদি মশা মতোমতা নত্তনা মাগী ইমুং মনুং ফাওবা মাঙহল্লি। ঙসি, যুনা মাঙহনবগী সমাজদা শীংথাদুনা লোযবা নৈতে। যুনা চাওখাও অমসুং লিবরগী লাইনা কয়া পোকহল্লি। মরম অদুনা মখোয অসি পূমথা থাদোক্কদবানি।

৬। থম্মোইগী লাইয়েং — অহল ওইরকপগী পেং-চোইরকপা, অমদি ব্রাখল শোম্থরকপা হায়বা লাইনা অসিমক্তি সমাজদগী নাইতোম তাদুনা মরোমদোম হিংবা, মীপক্লদবা, ঙাইহাক ময়াম তীন্নদুনা ব্রা-ব্রা নোকমিন্নবা হৈতবা মীশক অদুদা পক্কল্লি। মসি কোক্লবা পাম্বৈদি ইশা ইশাগী হৈনবী (হোবী) অমা থম্বা তাই, ধর্ম্মগী ওইবদা ঙাইহাক শক শোনবা তাবসু ময়াওরুবা, সৎ-সঙ্গ ঙাইহাকসু মতৌবা, লাইরিক পাদুনা খরসু পুক্নিং ইংহনবা অসিনচিংবা অসিনি। অহল ওইরকলবদি - মপানগী ওইবা ব্রাখন্না থম্মোইবু ময়োল চোংহনগদবনি।

৭। অহল ওইরকলগা চেকশিনবা - লাক্কদৌরিবা পুন্সি অদুগী খুজিল থৌরাং (প্লান) অমদি শেমদুনা থম্বা তাই। পৈশাগী থৌরাং, মীগী থৌরাং ফজনা লাংশিনগনি, অকক্লবা মতম অমদা - মিংকী,নাগী, য়াগী, চেকঅপ (পরিক্ষা) তৌথোক্কদবনি। নোংমগী চেকশিল থৌরাং কায়ফদে।

আর,সি, শর্ম্মগী মোত্তা তাইবং মীবু মতৌ করম তৌনা নহা ওইনা থম্বা য়াগদগে হায়বা পোইন্টস খরসু পীরি। কনাসু অহল ওইশিনবা অসি পাম্লদে। অদুবু পামদ পামদনা অসুম ওইশিল্লকপা ঙাক্তনি। মসিগী মরীমখোংদা মীওইবনা চহি লিশিং কয়াদগী থী-হুম্নরক্লি, অদুবু পুথোক্লরকলিবা মোং কয়া কয়া অরেম্বদা তাখিবা ঙাক্লি।

ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা পুন্সি অসিদা প্রো, থেৎচ নিকোফকী রিছার্চদগী ফংবা খরসি লৌশিনবা য়াই। বুলগেরিয়ান চীংদা লৈবা বুলগেরিয়ান হায়না খঙনবা থবক কন্না শুবা লৌউবা কাংবু অমা লৈ। জাতিশিং অসিগী হেন্দোক থোইদোকপা মমিংচৎপা অমা লৈ, মদুদি:- মখোয় মশা ফনা অতৈ মীওইবা জাতিদগী পুন্সি শাংবা হেল্লি, নহা ওইবগী ফিভমদা অদুম হিংদুনা,খ্বাইগী চৎনবা চহি কয়াদগী মখোয়না এভরেজদাহেন্দোক্লা পুনশিবা ঙমখি।

বুলগেরিয়ানশিংগী লাইনা তীন্না চেন্দনা শাংনা পুনশিবা অসি অসুম থীগৎপদা অসুম্না ফংলে :- মখোয়গী মরুওইবা চিঞ্জাক অসি য়োগহর্ট কৌবা শংগোমদগী শুংবা য়ুগুস্বা মহী অমা তোয়না শিজিন্নরমলে। হায়রিবা পুমথরবা (শংগোম অফম্বা মহীগুম্বা) অসিনা মীওইবগী ইন্টেস্তাইন্দা চংখ্রগা হৈ পুবা

শিংলিদা শন্দোকখিদুনা অহল ওইরকপগী পেং চোইরকপা, অমসুং তেকখৎত্রবা অহলগী ফিভম্বু অমুক নৌহৌননা শেমগৎপী। অসিগুম্বা শংগোম অফম্বদগী ফংবা মহাওগুম্বা তোলহাও ফাইবনচিংবা লাইনা কয়াদা কান্নরমলে। মমৈদদি মসি চানিং থকনিংবা পোক্তবা, চাকখাও বেরা চেনবা কয়াদা হিদাক ওইনা শিজিন্নখি।

মসি নত্তবা, মনুং মতম চাদনা চহি য়াম্বগী মতৌ ওইশিল্লকপা অসি থৌওং কয়াদগী ওইরকপনি হায়না ফোংদোকলি। শম্না হাযরবদা হৈনিংবা পোকলক্তবা, সুম-সুম চোকথবা পোকলকপা, অচম্বা অনাবা অমা ফাওবা লিশিনহন্নখিবা, চাবগী মহাও খংলক্তবা, অসিগুম্বশিং অসিনা অসুম ময়েং তাশিল্লকপদগী অহল ওই। অসিগুম্বশিং অসিগা হকচাং ফবা হায়বশিমগা শাগোন্নদ্রবসু অহল ওই। অদুনা নহা ওইনা থমগে হাযবদি মথক্কী কান্নগদবা পনখ্রিবশিং অসিবু হিংগৎহনগদবনি।

মনুং মতম চাদনা অহল ওইশিল্লকপা অমসুং নাবা হাকমনবা হাযবা লাইনানা অহল ওইশিল্লকপা অনি অসিমক তঙাই ফদনা মীওইবনা থাদোকপা য়াদবদি নত্তে। অনি অসিমক লায়না থাদোকপা য়াই; মীওইবনা সুম হৈনহন্নখিদুনা মনুং মতম চাদনা অহল ওইহন্নখিবা ঙাকনি। নহা অমনা চিন্তা রোগ (ব্রাখলগী নুংনাংবা লাইনা) না নাদুনা মশম মনা হৌরক্তবা মিং মায় খুইজিল্লকপা, পূমশিন হৌবা ... অসিনচিংবা অহল অমা ওইরকপা ঐখোয়না তোয়না উবা ফংই। মসিগী ফিভম অসিমক য়ু অমসুং হু চেনবা হিদাক চাবা কয়াদগীসু উনরি।

মথক্তসু পনখ্রে,বৈজ্ঞান্নিকশিংনা ফোংদোকলি, মদুদি :— হকচাংবু মপুং ফানা শাগৎখিবদা চংবা মতম অদুগী শরুক ৫ দি মীওইবনা পুনশিগনি। অদুনদি মীগী হকচাং শাগৎপা মপুং ফাবদা চহি ২৫ চংঙি; অদুনা মী অমগী পুনশিবসি চহি ১২৫ এক্সিডেন্টনচিংবা থোক্তবদি, পুনশিফম থোকই।

## (৩৬)

## ইশা ইশাগী ওইবা ৱাথোকশিংবু ঙম্নবা করি করম্না পায়খৎপা তাই।

ঐখোয়গী পুন্সিগী মমল খরদি মহৈগী প্রোব্লেম পাঙথোকপা ঙম্বা-ঙমদবদা লৈরে। মতমনা পুরকপা অৱা-অনাদগী লৈথোকহৌবা কনাসু ঙমদ্রি। মী অদুগী অমদি ফিভম অদুগী মখাদা লৈবনিনা লাইবক্কা তম্বনি হায়না লৈথোকনরি। অয়ৌবী ৱা কয়া ঙাংদুনা, মশাবু মশানা তেংবাংজবগী ৱা থাদোক্লগা, মীগী পাউতাক কয়া থীরি।

মসিনদি ওইবা য়াদবনিনা, মখাগী পাম্বৈশিং অসি পাযখত্তুনা ওইরকলিবা প্রোব্লেমশিং অদু থেংনবা তাই :-

অহানবদা পুকচেল শেংনা পাম্বৈশিং অদু খন্দোকমপা তাই; অদুগা প্রোব্লেমশিং অদু চেদা মচা খায়না ইথোকপা তাই। ভাল কার্নিজনা হায়খিবা লৈ, মদুদি মীওইবসে পাম্বৈশিং অদু থীদোকপদা হেক্তা মপুক্তা শেংদবা অমা হায়জিল্লকই, মদুদি মদু-মদুনা মীৎ-না পাংথোক্লবনি; মসিগী মখৈনা ঐনা পাঙথোক্লবনি হায়না মশাবু মশানা লৌনমজৈ। মসিদা মশানা মায় ওনশিন্দুনা হেক্তা চংশিনবদা মানা শোক্লগদৌবিবা লাল অদু তাংখায চনশিল্লবনি।

প্রোব্লেম অদুনা পুক্লিংদা য়ুহনখিদুনা তৃম্বা, চাবা, পুম্নমক্তা পুক্লিং লাংতক্লহন্দুনা মঙ ফা ওবদা মদুতা মঙহন্দুনা পুক্লিংদা শান্তি লৈতে। থবক অমা তৌবা ফাওবদা মদু হেক্তা মৈচেন্নবকই, মসি থাদোক্কদবনি। নোংমদা পুংখায়মুক্তং মদুগী মরম খনবা অমসুং মদু পাংথোক্লবা পাম্বৈ খনবা ফৈ। অদু হায়না হায়না থবক অমদা খুৎথাদুনা লৈরবা ফাওবদা, ভাব তাদ্রবা পুকনিংনদি থীজিন হুমজিনবা অমদি অশোয় অঙামদগী য়েংশিনবদি লেপ্তে। অদু য়ৌশিল্লক্লবদি নত্ত-নত্তবা ৱাখলদগী লাপথোক্লো, অদুগা ওইথোকপা য়াবা পাম্বৈ কয়া অমদি য়াদবা পাম্বৈ কয়া চাংদম্নদুনা য়েংউ,তরাগী মনুংদা মাপল খক্তং ওইরবসু পাউসু ফংলবদি মদুদা খুৎ থাউ। মতাং অদুদা মীগী মতেং লৌরুরবসু কান্নবা ফংগনি। থবক হায়বসে, ঐ ঐদগী হেনবা অশিংবা অখঙবা কয়া অমসু লৈরিবনি।

ঈশ্বরগী থৌজালসু নিগদবনি। ডা: বোর্মেন ভিনসেন্ট পীলনা হায়খিবা লৈ, মদুদি :- ঈশ্বরদা নিজবনা খংঙমদ্রবা মঙাল অমা পীবিরকই মদুনা ঐখোয়বু লমজিংবী। ঈশ্বরগী থৌজান্না নাম্মশোয়রবা কয়ানা পুন্সি মহৈ য়ানখিবা কয়াসু লৈ। মিত্তাংবী মেরি মিংচেল অফাওবী নোভেলিস্ত অমা ওইখি। মশানা অৱা-অনা কয়া খাঙদুনা হোৎনখিবদগী ঈশ্বরনসু তেংবাংখিবনি।

ঐখোয়গী প্রোব্লেমশিং ঐখোয়না শেমজখিবা ঙাকনি। ঐখোয়না লৌশিং কয়া শিজিন্নদুনা মদুবু পায়শিনবা ঙম্নবা হোৎনব তাই। অদুদগী ইশাগী থৌনা ঙম্বমখৈ শিজিন্নদুনা ওইরকইবা প্রোব্লেমশিংবু জয় তৌগদবনি।

## (৩৭)

## মীওইবগী হৈ-শিংবনা করি করম্বা থবক্তা ঙম্বগে য়েংশি।

নুংঙাইবা ফংবা হায়বসিমক পন্থুংফম অদু নত্তে; মসিদি চুম্নগী পোৎশক অমা শাগৎপদা মচিৎ অমা ওইনা ফংলকপা হায়বদুনি। নুংঙাইবনি হায়দুনা ফংলকইবা ঙাইহাক্কী ওইবা মনুংঙাইবা অদু নত্তে, মীওইবনা তাল্লকইবা লম্বীদি: হিংনবা লম্বী অমসিদা চৎথবগা লোইননা মীওইবনা, অদুগুম্বা সেবা অদু তৌরুবদগী অদু অদুগুম্বা হৈ- শিংবগী থবক্তু ঙম্মুবদনী, অমসুং জীবশিংগী উপকার কয়া তৌরুবদগী, ইশা ইশাদা মপুংফানা নুংঙাইজবা অমা ফাওরকই। ... মদুনি।

মীওইবনা নোংম- নোংমগী ওইবা হিংনবগী লানফমদা খোঙদাকুবদগী ইশা ইশাগী ওইবা সমস্যা (প্রোব্লেম) কয়া মরুমনা হৈনিংবা ৱাৎলকই, অতোপ্পা মীওইদা থৌওইনবক্তে, অদুদগী হৈনিংবা মাংখ্রবা জগৎ অমা ওইনা লৌরকই।

ফরে, মত্তাং অসিদা কনাগুম্বা অমনা মপুং ফানা নুংঙাইবা হায়বা অদু করিবুনো হায়না হংলবদি মরুওইনা কান্নবা অহুম অসিসু পীবা য়াই, মদুদি :- (১) ইশাদা ফাওরকপা ইশা ইথন্তবু অমদি অকোয়বদা লৈরিবা মীওইশিংবুসু পুকচেল শেংদোকচবা অমদি লোইনরকই, 'সিমা (২) অসুম্না ফাওরকই, মদুদি - ঐ ইশাগী তৌবা ঙম্বা শক্তিশিংগী মনুংদগী মসিমনা অতৈদগী পুমহেল মহেল্লে

হায়বা মখলগী থবক নত্তগা সেবা, (৩) অতোপ্পগী মফমদা ঐনা ঙমজবা নুংশিজবগী থম্মোই অখাকপা লৈতনা চেঞ্জবা অদুবুনি।

অমরোমদা অমুক য়েংশি ইশা ইশানা তৌবা ঙম্বা মরুওইবা দরকার অসি করি-করিনো ? তৌবা ঙম্বা থবক অদু মওং অমা নত্তগা অমা ওইবা য়াই - খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়না স্বর হোল্লিবা নুংশিত্তা, ঐখোয়না চারিবা চিঞ্জাক্তা, ঐখোয়না হিংমিন্নরিবা সমাজদা ... অসিনচিংবা। মমি পূম্নমক অসিগী তৌগদবা থৌদাংদি ঐখোয় ঐখোয়গী ইমুংগী নুংশিননা চান্ননা চেৎনা পুন্না লৈমিন্নবা, হৈ-শিংনা পাংথোকপা থবক অদুদা লৈরে। লুহোংলবা নিপা নুপী অনিমক্না অমনা অমবু মুন্না খঙদোক্নবা মথৌ তাই। মখোয় অনিগী হৈ-শিংবা থৌদাং (আর্টশ) দা অনৌবা হোংলকইবা ফিভমশিংবু চুনহনবা তাই। মখোয়গী ইমুং মনুং অদুগুম্বা কযানা পুনশিল্লগা কৈবোই লৈকাই (কোম্যুনিটি) অমা ওইবকলিবনি। অদু অদুগুম্বা মযাম অদুনা ঐখোযগী সমাজ ওইবকলির্বনি। অদুননি – “ঐ ফবা পূম্নমক ফৈ” হায়নবিবসি।

অদুগা ঐ-ঐগীতা য়েংদুনা লৈথোকপা য়াদ্রি। চাওখৎলবা নিউযোর্ক সহবদদি মীওই কযা মকুম অমনা মিত্তাংবা কযাগী মনাক্তা চত্তুনা লাইবিক লাইশু পাবিবগা জ্ঞানগী মঙাল ফংহনবগী চৎনবীসু লৈরকলে। মসিগুম্বা থৌদাং অসিনা পাকনা চাওনা চৎথরক্লবদি মিত্তাংবশিং কযানা হবাওজগবা। মচিন্দি থোকচবা ঙমদ্রবা অশোন অনা, লাইরবা চুদৎনবা কয়া, গতি লৈজদ্রবা সোয়নাইববা, কযা অমনা কোয়না লৈরি হায়বা নোংমগী মনুংদা অমুক অমুক্তি খনবা তাই, অমসুং অঙম্বা থৌদাং পাংথোকপা তাই।

ই,রুজভেলটনা হায়বিবম্মী :- “অমাং-অতা থোক্লবা, লানগুম্বা, ঈশিং ঈচাওগুম্বতদা মীওইবগী মশাদা লোত্তুনা লৈবা খ্বাইদগী হেন্না পুকচেল চাওথোকপা ইহুল (ইনস্তিংট) অসি ফাওরকই। অদুনা মীওইবগী থম্মোইদা ফুমদুনা লৈরিবা ইনস্তিংট পূম্নমক করিগুম্বা এক্সিডেন্ট, মী অমগী দশা অমা তারকপদা অচাল মীরায় খায়দনা জাতি বিজাতি য়েংদনা অঙম্বা থৌদাং পীনরবতদা জগৎ অসি শান্তি ওইনা পানবা ঙমগনি।

## (৩৮)

## তত্তবা আশা হায়বা অসিগী মমৈদা মায় পাকপগী থাজবা অমদি লৈ।

আশানা মীওইবগী ফত্রবতদা শরুক য়াবগী মহুত্তা মীগী ফগৎলকনবা লম্বী কয়ামরুম থীরি । নিংবা কায়বনা থোঙ লোল্লবশিংবু থোঙ হাংদোকপী। ঙমখিদ্রবা থবকতা শাওনা ব্রাকৎপগী মহুত্তা কর্বি করম তৌরগা ঙমগদগে হায়বা পুখোকই। ঈশ্বরদা য়ামনা হকচিন্না থাজবা অমদি মীওইবগী মক ওইবা অফবতবু কন্না থাজবা থমদুনা শক্তি পুম্বা চীংথোকই। অমস্ববু শাপ তৌবগী মহুত্তা মৈরা চাওনা থাঙ্গর্ললি । প্রোব্লেম অদুগী পীকপা চাউবা যেংদুনা থবক্তা খুৎ থাজে। মীনা করেম কথায়ননা ঙাংবা অমদি লান্না খলহনবা ব্রাখলবু খক লৌশিল্লুবা তৌদে। মসিনা অচৌবা পস্থুংফম অদুতবু ফংনবা হোংনৈ - মদুদা পোকলকইবা খুদোংথিবা কয়া অমসুং তুংলোমদা হলহন্নবা কয়া লৈরিবদু খক নাচুংঙুদে। মসিনা, থাদোক্কুনা চৎপা য়ারে হেক খঙবগা মাংলোমদা হেক্তা চংশিল্লি। শাংলবা খোংচৎ অদুদা খোংকাপ অমা থাংজিনবা হৌবে হাযনা খঙজরদুনা লু-লুকপগা লোইননা থবক পায়খৎপা হৌই । মশিনা অতোপ্পা মীশিংগী ফরবা সেবানি হায়না খন্দুনা লান্না খলহনবশিং অদুবুসু লৌশিল্লি। অদুনা আশা হাযবা অসিমক্তবু অমাং অতা নংলবা অর্মদি ওই; মরমদি মমৈদা মায় পাকপা অসিমক্তবু অমাং অতা নংলবা অর্মদি ওই; মবমদি মমৈদা মায় পাকপা (জয়-ওইবা) হায়বা সোযদ্রে হাযনা থাজরবা ঈশ্বরগী ওইবা অসিমদি ফংই।

## (৩৯)

## লাল পুন্নমক মীওইবগী থম্মোয়নুংদগী হৌরকপা ঙাক্তনি।

মীওইবা অসিসু পুক্লিং ফাবা ঙমদ্রবদি শারমচৎ কয়া চৎলকই। অমগা অমগা তুক্কচনবা শাওনবা,... কয়া সুম সুম থোকলকপদগী মদু কুইনা

ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমলক্তদুনা অকল অরিং শীংনবা লাঞ্জাও অসি থোকলকই। ঙসিগী সমাজদা পুকচেল ফাবা ঙমদ্রদুনা হাংনা শুনবা কয়া থোকহন্নবগী তুঙ্কচববা মওং অমা চংথবকপা অসি সুম সুম হেনগৎলকলি। ঙসিগী মীওইবনা শু-নোম্বা থবক ফাওবা তমথীরবা হাৎ-শুনবা অসিগী মমি তাখ্রে। করি হায়নি লূ-খ্রবা কালাগী (আর্টগী) লমদা ফাওবা ফজবা অৱা নুংঙাই ফোংদোকপগী মহুত্তা থিয়েটর, ফিল্ম অমদি ঈশৈ নোংমাইদা থীরবা; পুক্লিংদা থুক লাওবা ফাওরবা অকল-অরৈ শীংনবগী মমি অসি তাখ্রে।

অসিগুম্বা অশিঙবা অসিনা থম্মোইদা চংশিনখিদুনা মহৈ তমফমগী লাইশং ফাওবদা খঙহৌদনা থীনা লান্দাবগী বনক্ষেএ ওইশিলক্কদৌরে। ব্যবহাব, লমচৎ য়াওদবা বাঙাং শাঙাংতনা মীয়ামদা সুম সুম চৎথবা হেনগৎলকলি। আইনগী থোঙ ফাওবদা অবানবা থবকনি হায়বা খঙন খঙন শেঞ্জা থুমজা (কবপসন) কযা হেঙ্গৎলক্তুনা মীয়ামগী থাজবদু মরুদা চীকথত্তুনা সুম-সুম শোন্থহল্লক্লি। ঐখোয় মশেল অমগা অমগা যান্নদুনা, তান্নদুনা খুন্দামিন্নগদবা অসিবু নম-হাবগী থবক্তা ঙাক্তা চৎথনবকলি।

অসিগুম্বা থম্মোইদা কন্না পানবা মাগী মাগী অপাম্বশিং অদুনা থবক্তা চৎথবক্লবা জগৎ পূম্বা শন্দোকলক্তুনা ঙসিদি অমগা অমগা চাংযেংননিংবগী ঈহৌ অমা লাকলে। জম্মু কাশ্মীব অমসুং পঞ্জাবকী হাৎন-শুনবা থোকখ্রিবশিং অসিনা অকল অবৈ শীংনবগী লাববা খুদম্নি।

মসিনা কদোমদা লমজিংলকপগে হাযবা তারবদি মতমসিগী অঙাং মচা মশু ফাওবদা "হাংলুব'! শিগেবা!" অসুম্বা ৱাঙাংলোমদা, লাইনা অচৌবা (এপিডেমিক) অমা শন্দোকলকপগুম্না শন্দোকনবক্লে। থকসি খাসি মাঙখ্রে; গুরু-শিষ্য ব্যবহাব লৈবক্রে; ঈমুং অমগী মমা-মচা ফাওনা নুংশিনবক্লে। মরুপ মপাং "ঐ, ঐনা মহেল্লে, মফবে, খল্লদুনা অমনা ঙাংবা অমনা তানদবা নুমিৎচুপ্পগী ৱাখলদা শাওবংনবতা পোক্লদুনা খৎন চৈনবা মওংতদা চৎথনরকলে। উপনিষদনাচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্র কয়াদা ফজনা পীরিবা :— তাইবং মীদা মহৌশানা য়াওজবকপা অৱাংবা থাক্কী মী মশেলদা নুংশিনবা, মীবু মীনা পেলহন্নবা সেবা তৌবা (মানব সেবা) অমদি ধর্ম্ম খুদিংমক অমতনি, ধর্ম্মদা উংখৎনবগী মথৌ তাদে হায়বা (কোম্মুনেল হারমোনি), অসিনচিংবসি লৈনরক্লে।

পুন্সি মশা অসির্মক্ত যাম্না অশেংবা পোৎশকনি, খাঙউ থক্তগী অকল অবৈ শীংবা থম্মোই পোকলক্তুনা মোৎহনবনি। মসিমক ডিমোক্রেসিগী ওন্নবা নিতিনি। অদুনা ডিমোক্রেসিবু মমিংতা মান্নবা চৎপগী মহুত্তা মনুংগীদু চুন্না চৎপা তাই। মোবেল লোবু অমুক হিংকৎহন্দুনা ঙীব মশেল অসি নুংশিনববত্তদা জগৎ শান্তি ওইগনি। তুক্কচবা শাজৎনা তুক্কচববু নমথবনদি শান্তি পুবকপা ঙমলোই।

## (৪০)

## ঐখোয় খ্বাই পুম্নমক্কী ওইবা ইচিন ইনাও ওইবগী মতৌদু উৎনরসি।

খাইবুং খাইবুংনা গল্লবা মালেম অসিদা, অসি গুম্বা নিপা নুপী পুকচেল চাওববা চাওববী কযা অমা লৈবি,— মখোযনা জগৎ শান্তিগীদমক পুনশিন্নবা মকপ কযা, সোসাইটি কযা, শিনফম মান্নবা লূপ কযা লিংখত্তুনা ঐখোয পূম্বা ইমা অমতগী মচাগুম্না চিংমিন্নশি, অবাৎ অপা কযা যেংনদুনা তেংবাংনবগা ঈংনা পানমিন্নসি হাযবা খোল্লাওনা, লেকচবনা লনাই উনদুনা ঙাংনা শানবা কযানা, ঈ পাউগী থোংদা অইবা চেযোং কযানা ঙসিগী মালেমদা নিন্নবি। মাস খঙনা খঙনা ঐখোয নাচুংদে।

মিহৌবা, ইশাতগী ওইনা ওইজবা থীবা, মীতোপ্প তুক্কচনা খনবা, থবক্তগী থোকলকপা যাবা অমাং অতাদমক খনবা ... অসিগুম্বা ব্রাখল্লোন অসিনা ঐখোয মী মশেল অসি অমগা অমগা খক পুনশিন্নবা যাদ্রে, মসি পূম্বা থাদোকপা তাই। অমবোমদা অমুক্কা যেংশি — মীফত্তগী হৌনশা . "যে ঐগীদি ইথৌ লৈতে, মখোয অদুম তৌজসনু, মদুদা যাওকুবগা ঐগী কবি তোংজবক্কবনো, মীযামগী থবাক্ত মীযাম্না অদুম মতৌজবক্কনি হায়বা অতোপ্পতদা ইন্থোকপগী হৈনবী অশিনা ঐখোয মশেল অসি অমগা অমগা নুংশিনবকপগী ব্রাফম অসি মযেং তাখ্রিবনি। মসি পূম্বা থাদোকপা তাই।

অদুনা ঙসিগী সমাজদা ঐখোয পূম্বাস ইচিন ইনাও অমত্তনি হাযবা খাননবা অমত্তা ঙাইববা উপাযদি অন্তবজাতিগী থাক্তা চামিন থকমিন্নবা, চাবৌ

মৌকনবা, মাদি অদুনি-আদানি খক খাযদবা. অমগা অমগা অৱাৎ ৱাত্তা (গিভ এণ্ড টেক) যেংনবা, কুচু-কমেন অর্মদি জাতি ভেদ খাযবা তোক্লবা ... অসিনচিংবা খ্বাইদগী কনবা শাফু অসিনা মীপম তিংনা ফাওববতদা হান্নলৈনবা তুক্কচবা, যেংথিনবা, অচাওবম কাবা, ওইজবতা থীবা, পূম্বা অসি মাণ্ডগা ইচিন-ইনাও ওইবগী নুংশিনবা মতৌ অদু উবক্কনি।

## (৪১)

## ফজবনা ৱাখলগী (থম্মোইগী) ফগৎনবা লম্বীনি।

ফজবা পোৎশক্কী মমল জগৎনা খঙনবনি। ফজবা হাযবা অসি অতৈ অমা নত্তে, – মপৃং ফানা ফজববা ঈশ্বর ফংননবগী অমত্তা ওইববা লম্বীনি। ফজবগী মবমদা খন্ন-নৈনবদগী কবি ফংবগে হাযববদি খ্বাইদগী ফববা থম্মোই ফগৎনবগী লম্বীদান, অর্মদি লাইগী শক্তি লৈববা অফবা অদু তা ফংজবা ওম্মী। অদুনা প্রকৃতিগী ফজবা হাযবা ঈশ্বর মশামক্তা ওইনা উৎথোকপা। হেন্দবাইটিং অসি যেংজনৌগদবনি হাযবাস খক কাওথোকফদে। ষেশা, কাবগুম্বা ফজবা অমা তেঙ্গা উবদা ঐখোযগী পুক্নিংবু চিংশিল্লি, পুক্নুং ঈংহল্লি, অচম্বা শাওগংলম্বসু নমথহল্লি অদুগা পুক্নং অদু খবা ৱাংখৎপা চাউখৎপা থাক্তা পুখৎপী। ফাওববা কবি, কীটসকী মোত্তা "অচুম্বদি ফজবান, ফজবদো অচুম্বান" যোংবখি। ফজবা অসির্মক্তি লোইহনবা অর্মদি নমথবা ঙমদে। অহোইনদুম মসিনা পুক্নিংদা মযাই হাপ্পা পুক্নিং চীংশনবা, ইকায খুম্নবদা মতিক চাহন্নবা লম্বীদা পুক্নিংবু লমজিংলকই।

## (৪২)

## থুনা অৱা অনা তাবদগী ফগৎনবা অরোনবা পাম্বে অমা লৈ।

নুপী অনিখক লম্বী এক্সিডেন্টদা মখোং মখুৎ তেক্লুনা হোসপিতালদা লাইযেংনৈ। অহানবগী নুপীদুনা ফৈব্দা তেকপনি, খবা মবল মথুম লৈবীনি, মাগী কাদু মতিক চানা নুংঙাইনা লাইযেংবগী পোৎশক শুনা পৈদুনা লৈ, অদুব

অনাবদুদি ফগৎলকপা তৌদে। মতিক চাবা সার্জনশিংসু থুনা ফগৎলক্তবগী মবমদু মুন্না খন্নে। মরম তায়ববু অতৈ ওইরমদ্রে — নুপী অদু মশানা শৌ-শৌ লাওগনবীনি., কমপ্লেন অমগী মথংদা কমপ্লেন অমা হেক্তা, নুমিৎচুপ্পগী মাইথোং অদু ইশুক্তা-শুক্তুনা লৈ. রাবনা তৌফম খংদবা, থম্মোই হুম্ববা, নিংবা কায়বগী মতৌতদা লৈবা, ঈশ্বরনা তম্বা নুংঙাইনবা অমা লৈ হায়বা খন্দোক্তুনা অনাবা খাঙবা হৈতে।

অনিশুবা নুপী অদুনা খরা লৈবগা, মথংগী থংনবা কা অদুদা মাগীসু লাইযেংনবা লৈ। মাগীনা মফম অহুমদা তেকপনি। খরা খিৎ অনংবা ওইবনিনা পংখাং খাংবগী ফিভমদা লৈ। চিক-খোৎপগী নাহেবা লাওখোংবনা অতোপ্পা মীশিংবু খক রাহন্দে। ঈশ্বরনা তম্বা অমা লৈবমগনি হায়না খন্দোক্তুনা পুক্নিং মকা লাম্না লৈ। সার্জনশিং অদু মখোয় অনিমকপু চপ মান্ননা লাইয়েংলিবান. অদবু অঙকপদি, অকোনবগী নুপী অদুনা থুনা ফদুনা চৎখি। মসিগী মরম সুম থাগৎলুবদা অতৈ ওইরমদে -- মানা কমপ্লেন তৌবগী মহুত্তা অনাবদু ঈশ্বরনা তম্বনি, মাগী অনিংবনি; অদুনা মাগী থম্মোইগী অথুপ্পা মফমদগী লাওবকই -
"ঈশ্বর ইবুংঙো, মাস পুম্বা নংগী থৌজালনি। নংবু থাগৎচবি,থাগৎচবি।"
খাসগুম্বা খাজবা অসিনা, লানবন্না কোর্থশিন্দুনা থম্লবা সহর অমগী মতৌগুম্বা. নুপীদুগী অনাবদু অতৈ শাঙথনা হাযজিল্লকপা ঙমদে, থুনা যৈখায় পিঙ্গাইবা যাওদনা ফবদুনা চৎখি ।

## (৪৩)

## মতৌ করম্না মরুপ শান্নবদা মতম শাঙথনা শান্নগনি ।

ঐগী খুত্তনা চিংবা লৈ-ই চুম্বা ঙমদে, পখাপ চঙই, পথাপ অদু ঐগা মকপনি। মরুপ হায়বসি থোংনাওগুম্বনি, থোংনাও অদু ফাওনা যেংজবদগী জগৎ পুম্বা উবা ফংজৈ। পুকচেল খোয়জেল তীন্নবা মখৈ মরুপ শান্নে,কবিনা - ফিভম মান্নৈ, চাকচা-ইথক মান্নে, রাখল মান্নে... অসিনচিংবা।

মকপ্পা অরাবা নুংঙাইবা পূম্বদা শরুক যামিন্নে। মরুপ লুনা তিন্নবনা রাখলদা চম্মম্লববা কয়াগী লংলা লংজিন পুথোকপা ঙম্মী। মরুপ মশীং য়াম্না

থম্বনা ঙাক মফরে হায়বা লৈতে। অচেৎপা, ৱাখল লৈবা, শিবতারসু শিমিন্নশি, নুংঙাইবদসু নুংঙাইমিন্নশি হায়বা অখন্নবা মরুপ অদু আ-শিবা ফাওবদা থমগদবা মরুপনি। অদু নত্তদুনা, হোটেল মরুপ, বস মরুপ, স্কুল মরুপ, কৈরোই লৈকাই মরুপ্পদি খক শাংবা ওইরোই।

মরুপ শান্নবদা হরাও মাইথোংগী ৱাঙাং-শঙাং চঙই। শাওনবা লৈতনবা চমথোক্লবা ৱাঙাং চঙই। ঐগীনা হান্না-হায়বা মরুপ্তা তেংবাংবা চঙই। ৱাখল ঈংবা দর্শন খঙবা, অশিংবা, শাগৈ ঙাইদগীসু নকশিন্না তিন্নবা য়াবা মীতা খন্দুনা মতম শাংঙথনা থম্নবা মরুপ থমগনি/অফবা হৈপাল লৈপালবু খরা হেঞ্জিন্না ফগৎনবা মখোঙ শোম্বগুম অফবা মরুপ য়োকখৎকনি।

নুংশিনবা মরুপ শেমগৎপা অমসুং মদুগী কান্নবা মখাদা থমজরি:-

মরুপ্পা লৈখা তাই; মরুপ্পা লাইবৈবাক য়ৌনৈ। ঈশিংদা তাউদুনা লৈবা হিগা মরুপ ওইরুবদগী হায়বদি হি অদু চনবদা য়াওরুবদগী ঈশিংদা লূপ্পা য়োৎপী কয়া মরুম অদু, অদুম তাউবদুদা য়াওদুনা লৈ। মসি সঙ্গী কান্নবা ফংবনি। অমরোমদা অমুক য়েংশি — উ-ৱানা ক্রিক-ক্রিক ইন্ননা হৌবা উমং অমদা ক্রং-ক্রং লাওনা কংলবা উপাল ৱাপাল কয়া মরুম যাওরকপদগী মখোয় মশেল তক্লদুনা মৈহৌই; অদুগুম্বা উকংদগী হৌরকপা মৈ অদুগা সঙ্গ ওইরুবদগী উমংদু তুম্না চাক্লুনা মাঙডি। অদুগুম্লদুনা ফত্তবা সঙ্গদগী হৌজিক অফবা মী কয়ানা মাঙদুনা লৈনরি।

অদুনা লাইরিক লাইশুদগী ফংলকপা অফবা মরুপ থম্নবা লম্বী তরাখক মখাদা পীজরি।

১। মরুপশিং অদুনা ওইরম্বা অদুদা অদুম হৈনবা অমা ওইবা তাই। মখোয়দা থোইনা ওৎপিরোইদবনি। নখোয় নশা নশাদগী মোৎ অমসুং মহাও খেন্নরবসু, মীওই মীওইদুগী মপুংফাদবা অমদি মীয়ামদগী তোংঙানবা মগুন অদুদা খক নুংঙাইতবা পোকহল্লোইদবনি।

২। ঐখোয় অসি ঐ-ঐগী লন্নাইগী ওইবা ৱাখল অমসুং স্বভাবি অমমমদি লৈনবা ঙাকনি; মদু খর খরদি কোমথোকপা তাই। মরুপশিংগী মনুংদা, অমগী মনুংগী ওইবা ৱাখল্লোনশিংনা অমবু মাংন-তাকনবা তৌরফাও মরী অসিমদি থদৎফদে।

৩। পীথোক পীশিনগী থবক শেম-শাগনি। তেংবাংনিংবগী লাংতক্লবা অমসুং অপাম্বা হায়নবগী হঙ্গোইনদবা পুকচেল চেন্নগদবনি। অদুবু হেঞ্জিন্না পামশিনবদি উৎনফদে।

৪। নংগী পাউতাক পূম্বা শেমগৎ শাগৎপা,লম্বীরোমদা ঙাক পীগদবনি। মরুপ্তুনা ব্রা ঙাংনিংবদা য়িথৎলোইদবনি। পাওতাক হংলকপা খুদিংমক অচঙবা অমসুং শৌগৎপা ঙাক্তা ওইহনগদবনি।

৫। ভক্তি লৈবা (লোয়েল) অমদি ওইনবা তাই। অব্রা নুংঙাইবদা থাজবা থমদুনা শরুক য়ানবা তাই। মরুপ অমনা লৈতবা মতমদা মাবু হুনথবা তৌফদে।

৬। অমনা অমবু থাগৎনবা; অমগী হেনগৎলকপদা লাউ-খোংদুনফাও মরুপ্তুগী মায় পাকপদুবু নুংঙাইবা ফোংদোক্কদবনি।

৭। পুকচেলদি শেংনৌ। মরুপ শান্ননিংবগী থোঙদি অদুম লাওনা হাংদোকউ। নংগী নুংঙাইভব, শাওনিংবা লৈরম্মবসু মদু লীদুনা থমগন্নু; ফোংদোক্লদুনা মরুপকী মবী অদুদা তেংবাংনৌ। ব্রা-ঙাংদনা লৈনখিবদুদি য়াম্মা চেকশিনবা তাই।

৮। মরুপ তীন্নবনি হায়দুনা তীন্নখ্রবদি — অচৌবা, অহৈ-হৈত, শাগৈ-জাৎ খায়বা য়াদ্রে; চপ-মান্ননা খন্নগদবনি।

৯। মরুপ মশেল অদুদি অমনা অমবু থাজনবা তাই। ঐখোয়না লৈরিবা জগৎ অসিদি ইচাউ-চাইরে, মপুং ফাদ্রে; মপুং ফাদ্রবা মীওইতনা শাগৎপা সংসার ওইরে। অদুনা, মীগী মতেং য়াওদনা মশা মরোমদোমনা হিংজবা মহিং অদুদা মরুপ অনিমক্লা থাজবা থম্নগদবনি।

১০। মরুপ অনিমক্লা অমাং অতাগী দায়িত লৌনগদবনি। মরুপ অনিগী মফমদা করিগুম্বা খুদোং থীবা অমা হেক তারকপা মতমদা হুন্দোক্লফদে, মদুদা অমাং অতাগী দায়িত লৌনবা তারকলবা ফাওবদা কিফদে। কোর্টকী অব্রাফম তারফাওবদা চেন্নরোইদবনি।

## (৪৪)

## থাইনৈ অরি-অরিবা ব্রাখল্লোনশিং ইপু-ইবেন্দে ফংবা য়াই।

অহল ওইশিল্লক্লবদি কোক অসিফাও খুকউ অনিগী মরক্তা লৈবসি ফমথবদা উবা ফংই, মসিবু গুরু অহুমগী শক্তি লৈবা মতমনি হায়নৈ। অসিগুম্বা মতাং অসিদদি উরু-তারুবদগী ফংলকপা (এক্সপরিয়েন্স) জ্ঞান্না থন্না লৈগল্লি। মরম অদুননি অরিবা জ্ঞান অমা ভাব তানরক্কুবা মতমদা গুরু অহুমদা চংজৌও, জ্ঞান ফংগনি হায়নরিবা।

মতম অমদা, স্কুলগী ওজাশিংনা মখোয়গী ছাত্রশিংদা লাওথোকখি :—"হয়েংদি নখোই নখোইনা খ্বাইদগী হেন্না পামজবা, নখোয়দা খ্বাইদগী হেন্না কান্নবা ফংবা পোৎশক অমমম খল্লগা স্কুলদা পুখৎলকউ, মদু ওজাশিংনা খন্নবগা খ্বাইদগী ফবা অদুদা সনাগী মেডল পীগনি।" মসিদা ছাত্রশিং অদু মযুম মযুমদা চৎনখ্রগা অহে অশিংগা তান্ন-তান্নদুনা কনানা লৈগী গমলা, কনানা শান্নপোৎ মখল-মখল, কনানা টিফিন কেবিয়ব, কনানা লাই য়েক্লবা মচু অমসুং কম্পাসনচিংবা .... পুনরক্কুনা স্কুলদুদা পৈররে। ছাত্র অমখক্তংদি মঙোন্দা হেক-হেক পাউতাক পীবিবা মপুবোক অহন অদু মনঙ্গলদা পোদুনা স্কুল অদুদা পুরক্কুনা থল্লে। ছাত্র অদুনা মাগীদি মপু অদুদগী কান্নবা পাউতাক কয়া ফংবা ঙম্মী, অদুনা মহাক্না মপু অদুবু পোৎশক অমা ওইনা পুজরকপনি হায়না খুমখি। ওজাশিংনা কুপ্না খন্নববা তুংদা অহল পুরকপা ছাত্র অদুদা গোল্ড মেডল অদু পীখি।

## (৪৫)

## ফিদম্নফম ওইবা খোঙ্গুল অমমম থম্বীরম্নবা তাইবং মীওইনা শেমলম্বনি।

ঐখোয় খুদিংগী খুৎশাশিংগী ময়ি, খোঙ্গুলগী ময়ি তোঙঙাল্লি। শক অমত্তা মান্নদে। মসিনা তাকপদি ঐ-ঐ অমমম ওইনা শেমলমলিবা অসি অতৈগা

হান্নদবা থোইদোক হেন্দোকপা ইশাতগী ওইবা রাইট অমমমদি লৈজে হায়র্বনি। তোম্বনা খনবা, তোম্বনা পাম্বদু ঐনা খল্লুদে অমদি পামলুদে। ঈশ্বরনা শেমলকপদা ঐগীসু থোইদোকপা গুন চেনবা মীশক (পার্সোনেলিটি) অমদি পইরিবনি। অদুগুম্বা গুনশিং, অমদি ফিদমনফমশিং অদু ঐনা-ঐনা লৈবম্বা ফমশিং অদুদা খোঙ্গুল ওইনা থম্বীরম্নবা মীগী মপোক্তা শেম্বীরম্বনি।

কনাগুম্বা মীশক অমনা-মাঙোন্দা চূনজবা হীরম অমদা মাযপুননা হোংনজবদগী মাগী তোঙঙানবা (টেলেন্ট) অদু মীয়ামদা উৎথোকলম্মী। মদুগীদমক্তনি মহাকপু মীওইনা শেম্বীরম্লিবসি। মদুদা, মাসু-হীবম অদুদা ফিদম্নফম ওইবা খোঙ্গুল থমখ্রে, ঐসু-মাগুম্না থমলমগে হায়দুনা তাপ হেক্তা হোংনরুগদবা নত্তে। মাগী হীবম অদুগা ঐগা চূনবরা, চানবরা হায়বা হান্ননা খঙদোকখিগদর্বনি। শিল্লম ওন্নবদগী অফবা মীওই কয়াসু মীরেম ওইদুনা কাঙখ-খাং তাদুনা লোমখিবা কয়া অমসু লৈরিবনি।

মীয়াম্না খঙনববা মিষ্টব এডিসন অঙাং ওইরিঙৈদা অয়ুক্কী স্কুল অমদা লাইবিক তম্বা হৌখি। মহাক ফক্লাং মরীনা কোর্য়াশনবা স্কুলগী কা অদুদা কুইনা লৈবদু হৈনদে; ওজানা পারা হেক-হেক তাকপগা হেক্তা উই। তোয়না উইবা অদুদা ওজা অদুনা শাওদুনা - "এডিসন! নং চৎখ্রো, নকোক অদু শম্থি ঙাক্তা ঙাইবে।" উপায় লৈত্রবা এডিসন্না ময়ুম পাংনা রেল গাড়ী মচা অমা তোংদুনা লাকই। মচিন্দা শীংনাং মচৈ অমা চীক্তুনা থোংনাও রোমদা মকোক লৈথোক্তুনা চিন্তা তৌনা লাকই। শীংনাংমচৈদা নুংশিংন ফ্রে-ফ্রে হুমবদুদা নুংশিরবা নিং-নিং লাউনা খোংবা মখোল (স্বব) অমা ওইনা মানা লৌশিল্লে। খোঞ্জেল অদুদা খন্দুনা তূম্বা চাবা চঙদ্রে। শীংনাংগী ফ্রে- ফ্রে কাপথোকলকপা অদুদগী হৌজিক্কী যন্ত্র হারমনিযম অসি পুথোকখি

## (৪৬)

## থৱাই য়াওনা ঙমগে তানবা ৱাখল চেনবা মীতনা পুন্সিবু অচম্বা পুন্সিদগী ৱাংখৎনা পুখৎপা ঙম্মী। (এন্থ্যুসিয়েজম ওইবা)

পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মী পুম্বা ঈংনা পানবদি পাম্বা ঙাক্লি। পামজবতনি, মথক্তা পনখ্রিবা মীশক অদুদি খক ওইবা ঙমদে। পুন্সিবু মপুংফানা পানমদি পামই, অদুগা ৱাশক চেৎপগা লোইননা থবক পায়খৎপদি অয়াম্বনা খক তৌদে। অসুম্না তোংঙান তোংঙানবা সোসাইটি কয়াদগী লাউতা লাউনবক্লি + হায়খ্রিবা এন্থুসিয়েস্তিক অদুদি খক ওইরুদে।

অদুগুম্বা মীশক অদুদি কমদৌরগা ওইনি — (ক) মীশিং অদুনা থবক্তুদ থাজবা, সোয়দ্রে হায়না উৎপা, ফিভম অদু হৈনরবনি উৎপা। (খ) হৌখ্রবগা তোক্তুনা মাংদা তারিববু থেংনবা। (গ) শেমগৎ শাগৎপগী মিৎয়েংদা ফিভম অদুবু হৈশিংনা থেংনবা অমদি ঈনশিনবা চংই। অদুগুম্বা মীশক্তুদনা খুদোং চাবদু ঙাইদুনা, অকিবা লৈতনা চেংনা থাজদুনা পুন্সিবু পুখৎপা ঙমখি।

**লাইগা মীগা ৱারী শানরিঙৈগী ৱারীনি ঃ-**

হৈশীংবা শাবা পাঞ্জি অমনা থংনবা লৈবাক অমগী লৌমীশিংদ লাউথোকখি :- "কুর্মশদি নখোয়গী লৌবুক্তা নোং চুররোই।" মদুদা লৌমি মখৈ থাজদুনা শম্বোং খোয়দ্রে। থবক্তা থৱাই য়াওবা লৌমী অমখক্তি - য়ে ইথৌদি থাবা য়াদে খন্দুনা নোং লাক্লিঙৈদা মাগী লৌবুক্তু ফজনা খোয়দোক্তুন মহৈ-মরোং হুনজিন্নজে। কুমগী নোং মতুম অমা লাক্লে। লৈচিননোং মতুম "করিগীনো লৌমী নিপা। নংতদি লৌউরিবা ? লৌমীদুনা " য়ে! অতৈন নোং চুররোই হায়নরবসু, ঐগীদি ইথৌদা পুক্লিংনা চপয়ুংনা থাজৈ। নোং চুবন নখোয়গী নথৌনি, লৌ উবনা ঐগী ইথৌনি।" মাগী অশেংবা ৱাঙাং অদুদ পেল্লদুনা কুমগী নোং চুর্থাখি। নিপা অদু মহৈ- মরোং ৱাখৎনা পুথোকপা ঙমখি

# (৪৭)
# মতম, মতম, মতম্না সনাদগী ফাওবা মমল হেল্লি।

সনাগীদি মমল লৈ, মতমগীদি মমল হায়বা অমা লৈতে। ঐখোয়গী পুন্সি অসি মতমগী মনুংদা লৈবনি; পুন্সিদি লোম্বা নাই, মতমদি লোম্বা লৈতে। খুদোংচাবা হায়রিবা অদু মতম অদুনি। ঐগী মতম লৈত্রে হায়বা ফত্তে। থবক চিল্লিবা মী অদুগীদি পোৎশক খুদিংমক্কী মতম লৈ। অদুননি – ঐনা মতম মাঙহল্লে হাযবগী মহুত্তা ঐনা ঈশাবু মাঙহঞ্জরে হায়বনা হেন্না ফৈ। খুদমদি ঈশিংদা লৈবা ঙা অমনা, ঐনা ঈশিংবু মাঙহনজরে হাযবা য়াদে: ঙা অদুতনি মাঙজরিবদি ঈশিং অদুদি হান্নগী ঙা লৈফম অদুদা অদুম্মক লেঙদনা লৈ।

থবক থৌরম কযাগী শিল্লাংবা হায়বসিমক মফম মফম অদুদা ঐ ইশাগী ওইবা য়াবা, পাঙথোকপা যাবা কয়াবু শিল্লাংবনি। শম্পৎনা হায়ববদা, ঙসিগী থবক ঙসিমক তৌ, হযেংগী থবক ফাওবসু ঙসিমক তৌ, ঙসিগী থবক হযেং তৌফদে ; হয়েং হাযবসে অদুম চৎখ্রগদবনি।

কান্নবা ফংবা য়াবা মতম শিল্লাংবদা মখাগী পাউতাক খরা অসি লৈ।

১। মিনিট অমতং হৌহনখিবদা কয়া য়াম্না মাঙই হায়বা খঙবা তাই। ঐগী মতমনা ঐঙোন্দা ইম্পোর্টেন্ট ওইবগুম মী অতোপ্পদসু ওইবিবনি খঙনা চৎনবা তাই।

২। ঐনা তৌবা ঙম্বগী শক্তিনা মতমগা চানদুনা রেকোর্ড অমা থম্বা তাই। ঐনা প্লান তৌখ্রিবা অদুগা ঐনা ঙম্বা য়াবা মওংগা যেংনদুনা চেক অপ তৌহৌবা তাই।

৩। করম্বনা হান্না চৎথবা :– নশা অদু থবক চিল্লি হায়বনদি ইম্পোর্টেন্ট ওইদে, নংবু থবক চিলহল্লিবা অদুমক্তি ইম্পোর্টেন্ট ওইরিবদি। থবক অদু মখল মরীসিগী মনুংদা অমদি ওইগনি :– ইম্পোর্টেন্ট ওইবা, অথুবগী ওইবা, রুটিন ৱার্ক ওইবা, অমসুং কান্নদ্রে হায়না হুন্দোলবা থবক ওইবা অমা অদুগা মরীসিমসু খনবা তাই :– (ক) মদু নংনা সোয়দনা তৌবা তাৱা, (খ) মদু নংনা তৌগদবনি হায়না খনৱা, (গ)

মদু নংনা তৌবগী মথৌ তাদে নিংব্রা, (ঘ) মদু নংনা সুকতৌ তৌরোইদবনি খঙদ্রা, ... অসিনি। নংনা পুন্সিগী কৈরাক্তা সুম সুম কাখৎলকপদা অৱাবা খুদোং থীবদুদগী তোকথোকপা য়াবা কান্নদ্রিবা থবক কয়াসু লৈরিবনি। চে মচেৎ অমা কলম অমা তৎফদে।

৪। মতম মাংহনবা য়াবা থৌরেম কয়াদগী নাম্থোকহৌনবা হোৎনগদবনি। থৌরেমশিং অদুদি — ৱাথী ৱারেম ঙাংনদুনা লেনবা, টেলিফোনগী ৱারেম, চৎনবী ধর্ম্মগী অন্ধবিশ্বাসনা মতম শাংনা মাংহনবা, প্রোব্লেম ওইবা মরুপ মপাংগা ৱারী শানবা, কান্নদবদা প্লান্নিং তৌবা ... অসিনচিংবা।

৬। ইশা অসি মেচিলগুম্না শিজিন্নদুনা অদুম লেল্লু হায়বদি নত্তে; ঈশ্বরনা পীনবিবা ফজ-ফজবা কয়াসু য়েংগনি, তাগনি, হবাওথোক্কনি। ইশাবু মমল য়ামহনগনি।

৭। মতম শিল্লিবনি হায়দুনা ঙাইহাক হন্দোকপা, পোৎথাবা য়াওদনর পংকুং কুংনা শিল্লবসু পুক্লিং অমসুং হকচাংদা শোকপা লাকই, নুংনাংবা পোকলকই, ফত্তে।

মতম হায়বসি তুংশিনবা যাদে, লৈবা য়াদে, শাংদোকহনবা যাদে, অদুনা হায়নবা লৈ :— ঙরাং হায়বসি চৎনদ্রবা চোক মনানি, হয়েংনা, চেগী নোটকুম্বনি। “ঙসি” অসিনা চৎনরিবা (ধাতুগী) শেনগুম্বনি, মসিনা মফবে।

## (৪৮)

## অসুক পাক চাউখ্রবা জগৎ অসিবু মতোমতা অসুম লৈজরম্ব্রনে ? অশেম্বা অমদি লৈরোইদ্রা ?

মতম অমদা ফাওরবা পাঞ্জি (এস্ট্রোনোমর) অমগা সাইন্টিস্ত অমগা লৈরম্মী। নোংমা পাঞ্জি অদুনা মাগী টেবলদা থমলিবা সৌরজগৎ উৎপা যন্ত্র অদু সূই অমা নম্বদা মার্স, ভেনস্... নচিংবা গ্রহশিং অদু মাগী মাগী লম্বীদা লৈ-লৈদুনা নুমিৎকী অকোয়বদা চৎপদু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। তাঞ্জা অদুদা মাগী মরুপ সাইন্টিস্ত অদু লাকলমই। মাসু মদু য়েংলগা খন্দুনা লৈরমই। মাদি

ঈশ্বর লৈ হায়বসি থাজদবা মীশক অমনি। মাগী মোত্তা পাক চাউখ্রবা জগৎ অসি অশেম্বা অমা লৈতে, মশা মশা মতোমতা অদুম লৈজরম্বনি হায়রিবা মীতানি। মখোয় অনি অসি লুর্নদি তীন্নে; সাইন্টিস্ত অদুদি নাস্তিকনি, ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদে। পাঞ্জিদুনা ইরাৎ-পূজাগ্রা তৌবদা মানা করেমনৈ। অদুবু

মানা পাঞ্জিদুদা হায় —"অপিকপা মোডেল মচা অসিবু কনানা শেম-শাবনো ?" পাঞ্জিনা – "য়ে, মসি মশা মতোমতা অসুম লৈজরম্বনি।" মদু তাবদা মানা করেম্নরিবনি খন্দুনা অমুক হায় – "ভাই! নং ঐবু করেম্নরগনু মসিবু কনানা শেম-শাবগে।" পাঞ্জিনা – "ঐ নংবু করেম্নদে, করেম্নরিবদি নংননি।" করম্না ঐনা নংবু (পাঞ্জিবু) করেম্নরিবা ? পাঞ্জি – "হৈমা! অসুক পাক চাউখ্রবা জগৎ অসিবুদি অশেম্বা অমা লৈতে, মশা মতোমতনা অদুম লৈজরম্বনি হায়না থাজরিবা নংনা, পীকখ্রবা মোডেল মচা অসিবুসু অশেম্বা অমা লৈতে হায়বসিদা কৈদৌনা থার্জদ্রবনো ?

## (৪৯)

## নুংঙাইবা অমসুং পেম্হোকপা, অদুগা নোকথোকপতনা পুন্সি লেনবা তম্বা।

যুমদা লৈরিবা মীওইশিং অদুনা নুংঙাইবা, হরাওবা, অমসুং পেম্হোকপা ওইরবতদা য়ুম অদুগী চপ চাবা ফিভম অদু পুখৎপা ঙম্মী। কালেন থাগী মিববা নুংশা মৈশানা লৌবুক অমসুং উমং ৱামংশিংদা পীবা নুংঙাইবা অদুগুম্না কনাগুম্বগী নুংঙাইবা মাইথোং উজবা হায়বা অসিমক সাধুজনশিংনা নোংমগী অহানবা থেংনবমক্তদা বৈষ্ণব মূর্ত্তি উজবা ফংবগুম্বনি। নোংমদুগী তৌরুবা থবক্তা মঙ্গল ওইনবা মশকনি।

নুংঙাইবা অমনা থৱাইতানা নংবু খুৎশোকলবমক্তদা নহাক সোয়দনা থম্মোয়দা তুজুংবা ফাওগনি, অমসুং মিনিটমুক্তং মাগী নুংঙাইবা পোকলকইবা অদুগী মরমদা ৱারী শানবদা নংবুসু নুংঙাইবা পোকহল্লকনি, অদুগা অমুক নৌথোক্লা পুন্সিদা হিংনিংলক্কনি।

হরাও নুংশিনা নোকপা মিনোক অদুমক হীরা, মনি মুক্তাদগী হেল্লবা মঙ্গল ওইনবগী মশক ওইবা হী-য়াই অমনি। হরাও-তয়ামখিবগী মনম অদুনা রস লৈরবা মনম ওইনা স্বর্গ তমখিগনি। নুংঙাইবা মাইথোং অসি ওইবা তাবনি, মরমদি মসিদগী হেন্না নুংঙাইনা চৎপা য়াবা লম্বী অমা লৈত্রে, চৎপদা পোৎলুম পুদ্রে, য়াংনা চৎলে, অদুগা থম্মোইদা অমসুং ব্রেণ্ডা অৱাবগী মমি অমুক তাদ্রে। নুংশি-মোমোন নোকপা মাইথোংদি থোঙ পূম্বা হাংদোকই, য়েংথীবা, য়েক্লবা ওইনা খল্লম্বশিং অদুগী খুৎলাই থাদোকনৈ, য়ুম খুদিংদা তরাম্না কৌশিল্লি, অদুগা মাগী মায়থোং অদুমক পূম্নমক্কী পাসপোর্টনি।

হরাও তয়াম্বগী মায়থোং লৈতবা মীওই অদুদি চৎথরুবা থৌরম খুদিংমক্তা জকিং লৈগল্লি। অদুনা ফাওরবা কার্লিল পণ্ডিতনা হায়বা অমা লৈ, —"হরাও মায়থোংগী পাঙ্গল অসিদি অঙকপনি। অদুগুম্বা মীশক অদুনা থবক হেন্না পাঙবা ঙম্মী, হেন্না ফগৎপা মওংদা থবকশিং অদু পাঙথোকপা ঙম্মী।" অদুগুম্বা হরাও তয়ামথোকপা হৈনদবা মীশক অর্দুদি লাইনা লৈরবা মীশক্কুম্বনি। মাইথোং নুংঙাইবা চেনবা মীশকশিং অদুনা লৈরু-লৈরুবা জাগাশিং অদুদি নোং তাদবনা খ্রক-খ্রক কংলবা লমদম অদুদা কুমগী নোংনা খিকপগুম্বনি। কাম্ফেল মোর্গান্না হায়খি,— "অসিগুম্বা হরাও মিনোক অসিমক ঈশ্বরনা মীওইবদা পীনবিবা খুদোলনি।"

## (৫০)

## পুকচেল শেংবতনা সুকশোয় শোয়দ্রবা মায়পাক্লবগী লম্বীনি। করম্না শেঙহনগনি ?

সুম য়েংসি মমৈদা ৱাবা নংলকইবা অয়াম্বদি পুকচেল শেংদবদগীনি। করিগুম্বা শক্তি ৱাৎলকপা অমদি শেনথুমগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবদগী ওসরবসু পুক শেংবা কয়ানা মায় পাক্তবা য়াওরকই, অদুবু মদুগী নুংনাংবা অদু পুকচেল শেংদবগুম্নদি ৱাদে; মরমদি মানা কনাবুসু নম-হাদুনা মাগী ওইজনবা অমত্তা চৎথখিদে হায়বসি মাগী জ্ঞান্না (কোন্সেসনা) খঙজে। মানা খ্বাইদগী অমম্বা পুংফমদা লৈরববসু মহাক খক ৱারুবা তৌদে, মরমদি মানা মাগী শেঙলবা ৱাখল অদুদা পোৎথাজবা ফংই।

জগত্তা ওইবিবা পূম্বা অসে মী কৌবা অসিতনা প্রকৃতিদগী হোংদোক হোংজিন তৌহল্লিবনি। অদুনা পুকচেল শেংদবতা তৌদুনা নুংঙাইনবা অতৈ পাম্বে লৈবক্তুবা মীওইশিং অদু লম্বীদুতা চুম্না ফাংপীযু, সুম সুম পুক শেংদোকচবক্কনি। জগৎসে মাগী মাগী হাযবা অততাই অদু যৌবক্লবদি সোযদনা মাগী থম্মোইদু অবানবা খুভম অদুদা চঙশিল্লক্কনি, অদুদৈদি – পঙলম্বদু শিংলক্কনি, শেংলমদবা অদুসু সোযদনা শেংলক্কনি। পুকচেল শেংবগী খুদম ওইনা ঃ- বৈষ্ণব অমনা লাপশ্রবা সহবদা চৎলুই। নুংশাগী মৈশা খাঙনবা উখা অমদা চংদুনা ঙাইহাক উদুদা ঙাদুনা পোংথাই। মদুদা ককচেং অশাংবী অমখক অমখক মাগী ফুবিৎখাওদা চংদুনা লৈখি। নমিদাংৱাইবম যৌবকলবদা মহাক মাযুম যৌবে ; ফুবিৎ লৌথোকপদা ককচেং অদু যাওবা উবে। বৈষ্ণপ্তু মদু যেংলগা মুন্না খল্লি ঃ- " এ! ককচেং অসিদি ঙসাইগী লম্বী মপানগী উ অদুদা লৈজর্বাননা ; মাদি মাগী মপিজাশিং অদু কাযনবা তাবব্রা ? ".. তন্না চত্তুনা ককচেং অদু থিনবীকই।

## (৫১)

## খ্বাইদগী ফবা মখলগী মী করম্না ওইরকপা য়াগদগে ?

১। মায পাকপগী অশম্বা লম্বী অমা লৈতে, পুকচেল শেঙবা অমসুং নোম্বতনা অচুম্বা লম্বীনি। (২) মী খুদিংনা অদুম্বা মীশক্তু ওইনবগী খ্বাইদগী ফবা লম্বী মঙা লৈ :- অদু-অদা খাযদোক্তবা অমত্তা ওইবগী লমচৎ, তাজবা, ঙমগে তানবা থবত্তা থব্রাই যাওবা, থকসি খাস, অচুম্বা খঙনা নুংঙাইবা অসিনি। (৩) মী-মশেলবু নুংশিবা ঙম্বা অমসুং মখোযনা মাই পাকপবু পামজবা ওইগদবনি। অবৈবগা অযোনবগা যানগনি, ৱাযেনবগা মাগী ষ্টাফকা ভক্তি লৈনগনি, বাজর্নিতৱালাশিংসু মপুম অমা শাগৎপদা যানগান, ... আসনচিংবা তিন্নবা যাবা মকুপ মপাং ঙাক্তো ওইগদবনি। (৪) থবক্তুনা মপুং ফাদ্রিঙ্গেদা থক যেংলুখিনু, কনাসু চবাংনবা পামদে। (৫) কনাগুম্বনা নতেং হেক পাংলবদা, থাগৎলু, নক্তুগা থাগৎ ৱাহৈ ইদুনা থাখো। ... অসিনচিংবা গুন লৈবা তাই।

# (৫২)
# সেবা হায়বা অসি থবক ওইনা পাঙথোকপবু পামজবদুনি।

মতম অমদা গৌতম বুদ্ধনা মাগী মনাইশিংগা লোয়ননা শ্রাবস্থি য়েংবা লেংলকই। জেতাবন কৌবা লম্বোইবশিংগী লৈফম অমদা পল্লরে। কাশিং অদুদা লম্বোইবশিংগী তৃম্ফম ফমুং কয়ামরুম লৈরম্মী। ফমুং অমদা অহল লম্বোইবা অমা মতোমতা লৈরমই। মহাক্কী মশা অদু মফুৎ-মফুৎ চাফত্তুনা শোকপা য়াদ্রে, মনমসু নমথীবনা কনা অমত্তা মনাক্তা চংনদ্রে। বুদ্ধনা লেংশিল্লক্তুনা অহল অদুগী কনা'মত্তা চংবিদবা মতৌ অদু উরে অমসুং হংবিরম্মী :—"ইচিন-ইনাও! নংগী লাইয়েংবীবা অমদি সেবা তৌবীনবা কনা'মত্তা লৈত্রবরা ?" — "ইবুংঙো, ননাই ঐগী কনা অমত্তা লৈজদ্রে।" ৱাসি তাবদা বুদ্ধনা মনাইশিংগা লোইননা মাবু সেবা তৌবী। মশামক্লা ঈশিং লৌরুদুনা অনাবদু শেংদোকপী ফিগংনা নপথোকপী অদুগা থাবা য়াবা মলম তৈবী।

অসুম্না অনাবা অহল অদুনা মতোমতা চৎথোক চৎশিন তৌজনবা অনাবদু পূমফ ফজবা ফাওবা নুমিৎ কয়ানি চংনা সেবা তৌখি। অনাবা ফরে; লৈরম্বা পূম্বা পূন্না ফমিন্নরগা বুদ্ধনা ফোংদোকখি :— "ইচিন ইনাও পূম্বা ! ঐখোয় সেবা সেবা হায়রিবা অসি অতৈ অমা অমা নত্তে, অতোপ্পাগী তেংবাংবদা হেক্তা খুৎ থাবা অদুবুনি। মশি মিৎয়েং অনিদা চংশিনবা তাই :— অতোপ্পগী অৱা অনাবু ইশাদনি হায়না ফাওবা, অমনা মদুদা শিজিন্নবা য়াবা লৌশিং শিজিন্নবা।

# (৫৩)
# নংনা চৎলিবা লম্বী অমা সুম লাম্মোকখিবদা কোম্মোং অদুতদি থিংজিল্লম্মু।

মতম অমদা বিলাত্তা জর্নেলিস্ত অমগা জর্জ অমগা সুম-সুম রারী শানদুনা রাকিং চৎমিন্নে। মখোয় অনিদু লৌবুক মথং মথং ফাওদুনা চৎলি। জর্জদুনা ঙাংবদু কয়া লৌশিনবা ঙমদদুনা মঙোন্দা পুক্লিং চংনা চৎপদগী, লৌবুক অমদগী অমদা ফাওদুনা চৎপা মতমদা জর্নেলিস্ত অদু কোম্মোং লোনবা কাওহৌরে। খরা চৎলগা জর্জ অদুনা শা-শল খরা চাদুনা লৈবা লৌবুক অদুদগী অমুক তুংলোমদা হল্লগা কোম্মোং অদু লোনশিল্লুই, অদুগা অসুম্না হায় :—
"অসুম তৌই, মরুপ ! নহাক য়াম্না অফাওবা ডাক্তর অমা হন্দক্তা শিখিবদু তাহৌরা ?

জর্নেলিস্ত — "তাদেবো।"

জর্জ — অদু 'সুমতৌই। মহাকনা শিরমদাইদা মচা নুপা নুপী লোইনা লৌশিল্লগা, ভাব তানা, ফজনা হায়রম্মী:— "ইচাশা ! নখোয় নখোয়না লাম্মোক্কুনা চৎখিবা কোম্মোং খুদিংমক অদু থিংজিল্লম্মুকো !" — অসিনি জর্নেলিস্ত ! য়েংউদো য়ুমশাশিং অসি ঐখোয়না চৎকদৌরিবা লম্বী অসিদা চংলক্করোইদো। শলগুম্না, পুন্সি লম্বীদা চংলোইদবা কোম্মোং কয়া লোল্লিবনি, খল্লু,— অসিনি।

# (৫৪)

# পুন্সিদা সোয়দনা মায় পাক্লবগী অচেৎ-অরোন্দি থিন-দুনা তাক্লিবা অমখক্তং অদুনি

## (পান্দমফম অদুনি)

দ্রোনাচার্য্য কৌরব পাণ্ডবশিংগী খুৎলাই তম্বীবা ওজানি। গুরু অসিনা মাগী ছাত্রশিং অদুগী মনুংদগী করম্বা অণ্ডাংনা লীরুং তেন শুবদা খ্বাইদগী হেন্না মায় পাকপা ওইগদগে খণ্ডোকনিংলম্মী।

খুৎনা শাবা তেন্নবা অমা ছাত্র ময়াম অদুগী মমাংদা তৌবা উপাল অমগী মশা অমদা তোংহল্লম্মী। তেন্নবা অদুগী মমিৎ হিবানা লংত্রিক লংবা অমা ওইনা উহল্লম্মী। ছাত্রশিংবু গুরুগী মায়য়োক্লববোমদা লেপহল্লগা অমমম কৌশিন্দুনা হংগ্রি, "নখোয়না কাপ্পা তেনগী পম্ভুংফম ওইগদৌবিবদি তেন্নবা অসিগী মমিত্তনি। মবম অদুনা নখোয নখোযগী তেন অদু সন্ধান থাবো লাও।" অদুদগী মখোয় পূম্বা মাগী মাগী লিরুং তেন লৌথোক্লদুনা শেম শানৈ। মথং মথং কৌশিন্দুনা সন্ধান থাহনবদা গুরুনা মতিক চাবা অমতা ফংদ্রে। মমৈদা যুধিষ্টিব কৌশিল্লগা সন্ধান থাহল্লি, গুরুনা হংঙি—"নংগী পম্ভুংফম ওইদৌবিবদি তেনবাগী মমিৎ অর্দুনিকো।" যুধিস্থিবনা -"খণ্ডজবনি গুরুদেব! ননাই ঐ তেনবাগী মমিৎ লোমদা তেনগী সন্ধান খাজবে। গুরুনা -"নং কবি কবিদি... উই।" যধিস্থিবনা—"ননাই ঐ, গুরুদেবসু, সিদা লৈরিবা মীযামসু .. উই।" গুরুনা - "ফবে,ফরে, — নং থোকলকলো।" ... আৰ্জ্জুন! নং অমুক্তা সন্ধান তৌ! ইপা যেংগে। আৰ্জ্জুন্না য়াম্না চেকশিন্না তেন অদু তেন্নবাগী লংলবা হিরাগী মমিৎ অদুদা সন্ধান তৌদুনা অদুম লৈ। মতম অদুদা গুরুদেবনা "আৰ্জ্জুন, নঙ অতৈ করি কবিদি উই।"আর্জ্জুন্না "গুরুদেব, ননাই ঐ অতৈ অমত্তা উদে। ঐনা উবা হায়বামক্তবু তেন্নবাগী অরংবা হিবাগী মমিৎ অসিখক্তা উই, গুরুদেব।" গুরুদেবনা — "ভালো, ভালো! আৰ্জ্জুন, নংতনি লিরুং তেন শুবদা পুন্সিগী মায় পাক্লদবা মীশক্তি।— অসিনি, পুন্সিদা মায় পাক্লদবা হাযবদুদি অদুগুম্বা মচিন তুম্বা অপাম্বা অদুদা অতৈ অমদা পুকনিং লোঙবা তৌদনা মদুখক্তদা পান্দমফম ওইদুনা চপ যুংবা থবক পায়খৎপা অদুবুনি।

# (৫৫)
# পুন্সি চুপ্পগী স্কুল ওইরিবদি য়ুম অসিনি।

ফজবা ফিজোল শেং চাবতনা মী অমবু শনমান তৌবা যাবা অচৌ অশাংনি হায়বা য়াদবগুম, অৱাংবা থাক্কী মহৈ তম্লুববা খুদিংবু হেক্তা লৈবাক মচা তারবা মীশকনি হায়বা য়াদে। স্কুল, কলেজদা তম্লুরবা কযাদস্যু মহৈ হৈতবগী লমচৎ (থকসি খাসি ৱাংপগী লমচৎ) চৎপা কয়াসু থেংনদবা নত্তে। মসি কদাযদগী হৌরকপনো হায়না থীগৎনবদা মীমী অদুগী য়ুমদগী হৈনরকপা শাজৎ লীচত্তগী ওইবমলে।

ফজবা লমচৎ শাজত্তি ইমুং অদুগী মপা মমাদগী অঙাংশিং অদুনা তম্নবকপনি। স্কুল-কলেজ্জদগী নত্তে। অঙাংশিং অদুনা নিতিগী উক-তাকবা মপা মমাগী ৱাঙাং-শাঙাং অমাদ লীচৎ শাজৎ অদু তেক্তা লৌশিল্লকই। অদুম্না অপান্নবা অহল লম্মন অদুনা তাকপী তম্বীবক্রবসু অঙাংশিং অদুনা য়ুম অমদি লৈকাই অদুগী অকোযবদা চৎনরিবা লীচৎ-শাজৎ পূম্বা হেক্তা লৌশিল্লকই। হায়না লৈ :— "এ, মহাক্ত মপাগী মচানি।" মপা অমগী তৈনখিবা ৱাঙাং শাঙাং অমদি চৎপা শাজৎ ফাওবা মচাশিং অদুনা হেক্তা লৌশিলহৌই। মপা অদুনা থুনা শাওগনবা অমা ওইদুনা মমাদা তাথি তাইযোনন' চৈ থাংবা অদু ফাওবা মচাশিং অদুনা লৌশিলহৌই হয়েং খবা চাওবগা মপাদুগী ৱাঙাং শাঙাং অদু য়াম্না মান্নবা শিজিন্নবকই। অসিগুম্বা মওংগী মহৈ অসি ভাবতানা অমদি তাদনা কনাগুম্বা অমনা তম্বীরকপদগী হৈবকপা নত্তে। মবোমদোম তত্তুনা উবা-তাবদগী হৈবকপা মহৈনি।

অদুনা ধম্মগী লাইরিক কযাদা লাওরি :— "নচা নশুশিং অদুনা চৎকদবা লম্বী অদু থিনদুনা তাকপীরম্মু।" জগৎ ফাওরবা অব্রাহিম লিঙ্কোন্না হায়রম্বা অমা লৈ :— "ঐগী অহানবা মহৈ তমলকপদি য়ুমদগীনি। ঐনা ঙসি ওইজরিবা অমদি তুংদা ওইরক্কদবা পূম্বা অসি ঐবু পোকপী ইমাদগীনি; ঐনা ইমাগী লম্মন কয়া তোনশিঞ্জরি।" ইমা কয়া অমনা কাওথোকপীখ্রবননি - অঙাং খুদিংগী মহৈ তম্বা হৌরকপা অসি ইমাগী তম্পাক্তগীনি। ওজা অমনা মমাগী মহুৎ শিনবা খক ওইথোকলোই। অদুনা কনা-কনাগুম্বা মমা-মপাশিং না

খণ্ডবা তৌদনা ওজাশিংদা অর্মদি টেক্সটবুক্তা পূর্মশিন শিন্নদুনা পুন্সিগী নিংবা কাযবা কযা থেংনবা যাওই। মবম পূম্নমক অসিনা মতমগা চূনববা যুম হাযবা অসি পুন্সিগী ওইবা স্কুলনি হাযবা কাওবিবোইদবনি।

## (৫৬)

## থুনা খঙগনবা বুদ্ধি হায়বসি মুন্না য়েংশিনবা হৈনহল্লগা ফাগৎহনবা য়াই।

মা অযাম্বনা ঐখোযগী থোপ অসি মপুং যানা শিজিন্নবা হৈনহন্দবদগী কান্নদববোমদা কোহ্লীং কাহন্দুনা মাঙহল্লি। মখোযনব পূন্সিদুদা তশেংনা মায পার্কানিংলবদি মখোযদা খঙহেন হেনগৎলক (খঙচোং চোংখৎ)লকপা অর্মদি দবকাব ওই। মকোক শিজিন্নবদি ঙমদ্রগা মীঙোন্দতা পংত্রায হাযজবা (তাচন তৌবা) অমা তোযনা শিজিন্নে।

ঐখোযগী ব্রেন অসিসু খোঙ অমসুং খুত্তা শিজিন্নবা অসিগুম্না শিঙ্গিন্নবা যাই। য়াইনগা ইতিহাসতা যৎলিবা চাওখৎলম্বশিং অদু মখোযগী ব্রেন অদু মতিক চানা শিঙ্গিন্নবম্মী হাযবা যৎই। মখোযনা মায পাকপগী বাব যাম্না যংই, শিজিন্নখদবশিং অদুনা মাযথীবা যংখিনা ঙাক্তনি

ঐখোযনা খনবদগী ঐখোযনা চৎলি, ঐখোযনা পাম্মুবদগী ঐখোযবু চংশিল্লি। ঙাসগী ঐখোযনা ওর্ইববা ঙসিগী বাখলদগীনি, হযেংগীনা কবি ওইবসু বাখলদগীনি। অমুত্তং মীযামদা ইনখোঙ্কুনা লৈখোকপদগী তোকখোঙ্কুনা থৌনা যনা পুন্সি লম্বীদুদা মায ওনশিল্লবদি পুন্সিনা অনৌবা অর্থ লৈবা পুন্সি অমা ফংবদি শোযদ্রবনি। মবম চানা চেৎনা থাজবদগী মায পাক্লবা অচুম্বা লম্বী ফংই। কৈশু লৈএবা অচম্বা পোৎশক অমবু ফজনা থাজকবদগী ইনভেন্টর্বাশিংনা সমাজদা কযা কযাদা কন্নববা অচৌবা কযা মাযপাকনা পুথোকখি। মীচম অমনদি এপল অমা উথক্তগী কেল্লকপদা কবিসু খল্লুদে, অদুবু আইজাক নিউটোনগী মিৎযেংদদি — মুন্না খল্লগা লো ওব গ্রেভিটেসন লৈবননি খংখি, লো অসিমক মানা হৌদোকখি। অসুম্না অইযেনস্তাইন, অলেকজেন্দব বেলনচিংবা কযাগী ইনভেনসন পনবা যাই।

অসুম্না মথৌ নিংথিনা পাওথোকপা হায়বদি মুন্না যেংশিনবদগীনি। মুন্না যেংশিন্দুনা পুন্সিগী খুদোং চাবা অমা ঙাযবা ফৈ।

## (৫৭)

## পুক্নিংমকা লাম্বা (নুংঙাইনা পেন্থোকপা) হায়বসি মীওইবগী পুন্সিদা অঙকপা ফংলবা হিদাকনি।

চহি অনি শুবকপদা মমিং উখিদবা নিপা অমগী বাবীনি। নিপা অসিগী মমিং অসি মাগী চহি ৩০ শুববা ফাওবদসু অদুম পুমম মমদুনা লেল্লম্মী। মাগী মফমদা প্রাক্রাতগী ফংববা উপাল, হৈপালগী হাই হুম্বদা ফজবা হৈনা, লৈবাংগী অনৌবা মতৌগী ফজবা অযুক্কী নুমিং থোকলকপদা ওইবা ঈংনা নৌজনবী মহৌশাগী শংকুম, অমাদ তাবমদাই নুমৎকী মোং হাদবা অচিকপা মতৌ অসিনাচিংবা অমওা২ উজদে। মীশিংনা বাবী ৱাতাই শানবদি তাই। অসুম্না সুম লেবকপনা মহাক্কী চহি ৩২ শুবকপা মতমদদি মাগী মিংফম অদ মতম অদুগী অহৈ অশিনা শেমদোকপাদুনা মহাক অমুক উবা ফংজবে। মমিং উদ্রিহৈডদদি মানা খল্লম্মী, মাওইব পুম্বা মাযথোং নুংঙাইনা, লংনা, মকালাম্না লৈবমগনি হায়না। অদুবু, মানা, মঙোন্দা হৌজিক মমিং উববা মতম আসদদি কবম্না উববগে হংবদ, মানা খুমখি : "ঐনা খল্লম্বগা ওন্নবে, হৌজিক্কী মীওইশিংসিদি অযাম্বনা অবা অনা অমদি নিংবা কাযবগী মতৌ ঙাক্তা ওইনা উবা ফংলে।" আসনি।

হবাও মেমোন নেকপগী মাযথোং অসি যাম্না তাঙনা উবা ফংই। পীর্কলিবা অঙাংমচা খঙদা নুংঙাইবা অমসুং হবাওবগী ঈনোৎ কাবদু উবা ফংই। মদুসু মখোযনা সুম-সুম অহল ওইশিল্লক্লগদি মখোযগী নুংঙাইবা মতৌ অদু অসুম পাথোকাখ।

মেডিকেল রিসার্চ তৌবা কাংবু শবনা যাম্না চেৎনা ফোংদোকখি। মদুদি :—মীওইবনা নুংঙাইনা, পুক্নিং মকা লাম্না নোকচবতনা কাবকইবা ঈনোৎ অদুনা শিংলি-নাউবিদা চঙখিদুনা মীদু পুক্নিং লৈতাহল্লি অমসুং থম্মোইগী লাইনা

কয়া নারক্কদবদগী থক্তোকপী। অদুদৈনি মীপোৎ মিহৌদবা, মীবু কল্লক য়েংথিবা লৈতবা মীওইতনা অতৈদগী মশা মউ ফনা, নুংঙাইনা হিংদুনা পানবা উনবিবসি। মসিগীদমক্তা অহৈ অশিংনা মখাগী মবীখক্তং অসি প্রেক্তিকেল সসেন ওইনা পীরি।

১। অয়ুক য়াহৌবকপদা মোমোন মিনোক অমমমগা লোয়ননা হৌগৎলু। চিনবান্দা - "খুরুমজরি হে ঈশ্বর।" শোল্লু।

২। নংগী মায়থোং অদুদা মতম পূম্বদা মোমোন মোমোন নোকপগী ঈপোম অদু উৎলু, মিনোক্তুদা অতৈ পাক চঙবা ঙমলোই। চৎপা, থবকশুবা, পোথাবা মতম পূম্বদা মদু উৎলু - মিংশেন্দসু মদুগী মমিদু উবা ফংগনি।

৩। নোংমগী চাকলেনগী মমাং, চবান্নবগী মমাং, নুংদাং চাবমদাইগী মমাংদা য়ামদ্রবদা নোংমগী অহুমলক্তি নোকথোকউ।

৪। নংনা সুম ঙাং শকপা, অচৎ অওকতসু হবাও মিনোক্লা ঈথক ঈনোৎ কাহল্লু, অদুদৈদি খুদোং থীনিংঙাই কযাদগী কনবা যাই। মকা লাম্না নোকথোকপা হাযবা অসি মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী ফববা হিদাক শিদ হিদাক অমনি হায়রসি ডাক্তর ডি.সম্বাশিব রাওনা ফোংদোকপীখিবনি।

পুক্লিং মকা লাম্না নোকপনা পুক্লিংদা লাংতক্লনা লৈরম্ব অদু পাথোকহল্লি; অমসুং নুংনাংবশিং অদু কোকহনবিখি। মসিননি মসিবু শিদ হিদাকনি হায়নরিবদু। অদুবু হৌজিক্কী মীওইশিংনা মথৌদা হেন্না চিনমনখিদুনা অসুক চমখ্রবা মিনোক অসি নোকচবা ফাওবা ঙম্নদ্রে। অসুম্না স্কুল তমলিবা অঙাং মচাফাওবা মনংগন্দা লাইরিক পুদুনা হোবে-হোবে চৎপদগী নোকচবা ঙমদ্রে।

হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিক কয়া অমনা মখল মথেলগী মেটরিয়েল কয়ামরুম পুথোকপীদুনা তাইবং মীগী নুংঙাইনবা হোৎনবিরি। করি হায়নি — নিতিগী হিংবা য়ুম্বান কৈবান্দা, লম্বী থোংদা, অশেম্বা চিঞ্জাক কয়াদা মীওইববু নুংঙাইনবা শিনবীরি, অদুবু মীনা খক পেন্দ্রে; অদুম নুংনাংবা অমদি মরৈরে। অসুম্না হৈনখ্রবা ৱাখল লায়না অসিদগী থম্মোই শোনবা, হিংবগী মরেক মহাও থোক্রবা, অপুনবগুম্বা লাইনা কয়া নাহল্লকই। অদুনা, প্রক্রিতিনা পীনবীবা,

খোয়দানা নোকচবা হায়বা লল অসিতনা প্রোব্লেম পূম্বা থকতোকপীদুনা পুন্সিবু হকচাংফনা লেনবা ঙমহল্লি। মখোয়গী রিজার্চতা অসুম্না পুথোকলি :– মীওইবগী ঈদা তোংবা হকচাং হোরমোন কৌবা হকচাং কনখৎহনবা মহী অসি খোয়দানা নোকপা খুদিংদা ফংই; মসিনা হার্ট এটেক্ট, বিপি ব্রাংখৎলকপগী লাইনা কয়ামরুম্মু থোকলক্কদবদগী ঙাকথোকপী। অদুনা মসিবু অসিগুম্বা লাইনা কয়ামরুমদগী কন্নবা (এন্টি-ষ্ট্রেস-মেকানিজম) অমনি হায়না লৌনরে। অসুক ফম্ববা শিদ-হিদাক অসিবু ঙসিগী অঙাংমচা ফাওবনা কাওথোক্লম্ব্রে।

চার্লেস ডারউইন্না ১৮৭২ দা অসুম্না ফোংদোপীখি — :- মায়গা মায়গা ওনশিন্নদুনা ফোংদোক্লবা হায়বা অসিনা কয়া কান্নে হায়বদা মসিনা মায়গী মছল অদুদা নুংঙাইবগী ঈনোৎ ফাওখিদুনা পুক্লিংদা নুংঙাইবা ফাওহল্লকই। খোয়দানা নোকপনা হকচাং শোর হোন্দোক হোঞ্জিনবু, লংসগী মথৌবু, শিংলি মচা মচাশিংবু মরু খিংহন্নবা শাজেল অমা ওইহল্লি।

খোয়দানা নোকপবু অসুপকী মতিক মচি ওইবা কান্নবা অমনি হায়না খন্নবদগী মেগাজিন্নচিংবা, খবরগী লমাই কয়াদা — নোক্লিংবা ব্রারেং কয়া, কার্টুন্নচিংবা লাই কয়া হাপচিন্দুনা অপাবা মীবু নোকহল্লি। মহাত্মা গান্ধিজিনা অসুম্না ফোংদোপীরম্মী : - "ঐঙোন্দা ফাগী ফারাংগী শাজেল অর্মদি খোয়দানা নোকচবগী হৈনবী অসিবু লৈরমদ্রবদি নহান্না আত্মাঘাট ফাওবা তৌরমলগদবনি।" মানা হায়, মদুদি :- মমাংঙৈদদি ইমুং মনুংগী মী পূন্না-পূন্না লৈমিন চামিন্নদুনা ব্রা-ব্রা নোকনা পানবা ঙমনরম্মী। মদু হৌজিক্কী হিংনবগী লানফমদা মতম পূম্বা শিজিন্নখিদুনা চৎনদ্রে। অদুনা অশংবা য়েংদুনা ফিলমদা লিলা ফালাদা, অর্মদি ব্রাবী ব্রাতাইদা নোংম ফাদোক নুংঙাই থোকপদা মঙাইরে।

অ দুনা, ঐখোয় অমগী অসোয়বদা য়েংশিল্লগা নোক্লবগী মহুত্তা, ঐখোয় ইশেন পূম্বা পুনশিন্নরগা নোকমিন্নবগী মথৌ তাই।

## (৫৮)

# মতৌ করম্না মতিক্ চাবা শেল-থুম ফংগদগে অমসুং নুংঙাই য়াইফগদগে ?

ইনাক-কৈবাক খুনবা অমা ওইবা হায়বা অসি নশাগী ফংফম থোকপা (রাইট) অমনি । নং নশানা মরাং কায়বা পুন্সি অমা ওইনা লেনবা তাই; নুংঙাইনা লেনবা তাই; হবাও তযান্বা অমসুং ইনিং-ইখা তন্বা পুন্সি অমা ওইবা তাই । মবম অসিগীদমক্তা নহাক নুংঙাইনা, মপৃংফানা, অমদি ইনাক কৈরাক খুন্না লেন্নবা, দবকার ওইবা পৈশা লৈবা তাই ।

মসে জগৎ পৃশ্বগী ওইবা কন্না ফঙনিংবগী ময়াই অমনি । মসি অফবা অমা ওইবতা নত্তে; খ্বাইদগী অফবা অমনি । পৈশা হাযবগী আর্থবু অরাংপদগী মনিংতম্বা হায়ব ঙাক নত্তে; ফজনা পানবা, মরাং কাযবা অমসুং তক তহেন্না পানবা যুম্বান অদুনি । নং নশাগী চৈল্লিবা ঈ অদুনা নংগী হকচাংগী মফম পুম্নমক্তা শিন থুংনা চেনববু হকচাং ফবা কৌই । মবম অদুনা পৈশানা নংগী নপুনশিদা রাওনা মনিং তম্না চেনববু রাত্তনা পানবা নপুন্সি অমা কৌই ।

পুক্লিংগী ওইবা বিদ্যা তমলিবা ছাত্রশিংনা অসুম্না থাজে, অমসুং অসুম্না খঙনৈ, মদুদি :- শেল থুমগী ফিভমদা থৌওইদ্রবা, অসিগুম্বা কৈথেলগী স্তোক্তা অকা-অকুম তৌরকপবু, পৈশাগী মমল হন্থরকপবু,... অতোপ অতোপ্পা ফিভম কযাদা থৌওইবক্তবদগী শেল থুমগী থৌওইরক্তবসি পোকলকই । মসিগী মরুওইবা মরমদি শেল থুমগী রারম পৃম্বা মাগী চাউনা তায়োন্নবা পুক্লিংদা (সব কোনসিয়স মাইন্দ) পুথরকপদগীনি । মাগী রাখলদা শেল হায়বসিদি মপুন্সি অদুম অদুম মরাং কায়না চেন্দুনা লৈরগদবনি খন্দোকই । সমাজগী মীওই কয়ানা "পৈশা পান্বদি ফত্তবা কয়াগী হৌরকফমনি" হায়না খন্দোকই; অমসুং ফোংনা নত্তগা তুমিন্না শেলবু করিসু মগুন নৈতবদৌনা হুল্লি, নত্তগা য়াম্না লায়না ফংলকপগুম্না পংশি শিজিন্নে । অতোপ্পা মরম অমনা - লায়রনা লেনবসু অফবা মগুননি হায়না ধর্ম্মগী লাইরিকনচিংবা কয়াদা অর্থ লান্না পুদুনা সব-কোনসিয়স মাইন্দা লান্না চংহনখি; অন্ধবিশ্বাস ওইহনখি ।

মফম অসিদা নংগী শক্তি অমসুং মগুন ওইবিবা অদু যাম্না শিংনা শিজিন্নবা তাবনি। কনা অমনা নংগী পাঙ্গল শক্তিদা, কনা অমনা নংগী পৈশাগী শক্তিদা কন্না আশা তৌদুনা শিজিন্নাব। নংগী থম্মোইবু পৈশাদা পুম্নমক্তগী মহেল্লে হায়না খোযদাববদি অতৈ খন্দবা তাই; পৈশা, পৈশা তঙশিল্লগা লোইবে। মদুনা নংগী নবাইবক লেপকদবনি। অদুবু নংনা মতম অদুদা অকাওবা অমদি লৈবে, মদুদি : পুন্সি হাযবসি অমগা অমগা ওজোন মান্নবা (বেলেন্স লাইফ), অমনি হাযবদুদি কাওফদে। পুক্লংবু শান্তিদা থম্বা, অদু অদা লৈতবা (হাবমোনি) নুংশিনবা, নুংঙাইথোকপা, হকচাংবু মপুং ফানা ফনা থম্বা অমা ওইবা তাই। নংগী তাযোন্নবা পুকনিংগী বিদ্যাদগী নংনা কন্না অমুক পামশিল্লকলবসু করোবপাতদি ওইবকপা যাই, তৌইগুম্বসুং মতম অদুদা নংনা পনখিব। অদু যংলে হাযনা পেন্ত্তোকপা তাই।

নংগী নশাদা অযো ফংলবা (নাবক্লবা) মতমদা নংনা খল্লক্নি, মদুদি নংঙোন্দা অবানবা অমা লৈবম্না তাবে। খুদক অদু মঙদা নংনা মতেং অমা থাদুনা ফিভম অদুগাদমক্তা থবক খবদি তৌবা তাই। মতৌ অদুগুম্না নংগী পুন্সিগী খাংচওা অতেংপা লেতনা পৈশা অসি মতৈবেব্রবদি হামদ্রবদ নংঙোন্দা পুমশেম শেমদোকপা (ড্রোন্দে কপা) যাবা অবানবা অমা লেবে খঙবা তাই। পুন্সিগী মরু ওইনা তৌনিংবা, পামশিনবা থবকাশংগী মন্নংদা নংনা লৈশিলক্কদবদি মবাং কাযনা পানবা, পাকথোক চাওথোকনিংবা, অমসুং পুন্সিবু বাক্ত পাদনা পানবা অসোমদনি। অদ ফাওবদা নংনা পৈশাবু মাঙনবগী মকান খল্লবদি অদুম পাইখবা তাবনি। নংন কবিওম্বা অচৌবা ওর্গেনাইজেসন (সংস্থান) অমদা থবক তৌবে হাযনা লৌবসি। নংনা তুমিন্না খল্লকই, নংগী খুৎ শুমন পৈশা অদু তাথমল্লি, অমসুং নংগা চুনদ্রে, অদুনা শাওবংনবকলে, মতিক চাবা পৈশা হেন্না পামই। অদুদগী সংস্থান অদুগা মরী তৎনবা মওংগী ওইবা তোংঙানবা বাখল (সব কোনসিযস) অমা পুথোকলকহ; নশানা শেমজবা আইন অদুনা মবম ওইদুনা মেনেজব অদুনা হাযবম্মা "ঐখোযনা নংবু চৎহন্নিংলে, তশেংবদি নং নশানা নশাব তোকহঞ্জবনি।" মেনেজব ঐখোযদি চুম্নতগী নংগী মোৎ অদুদা ইচম চম্না কনফাবম তৌবতনি। মসিনি, থবক (এক্সন) অমসুং থবকতুগী ফোল (বিএক্সন)গী লাববা খুদমদি : নংনা খল্লুবিবা অদুনা থবক্লি;

অদুগা নমথনবা ব্রাখলদগী ওইরকইবা ফোল অদুনা মহৈ (রিএক্সন) নি।

খন্নদুনা য়েংশি :- নিপা অদুনা পুকচেল শেংদনা পৈশা তানশিল্লি, ঐখোয়না খঙই মহাক অদু পৈশা লৈতবদগীনি। মহাক পুকচেল শেঙদবা মীওইনি, মহাক নমথাক তৌবা মী ওইনি,– হুরান্বা মীওইনি, করিনা মহাক পৈশা অমত্তা লৈতে, মহাক মশাদা নায়েকপা তৌই।

মাগা কলেজ তম্মীন্নরম্বা কযানা অৱাংবা থাক্তা কাখত্তুনা মায় পাকখ্রগা মহাকনা কল্লকই, মীফত্তা ওইরকই — অদুদগীদি মহাক সুম-সুম লৈখা তারকই। মখোইশিং অদুনা পৈশা য়াম্না লৈদুনা মথং-মথং কাখৎহনখ্রিবা পৈশা অদুবু ওন্ন-তৈননা খন্দুনা মীরাইরকই, অমসুং পৈশাদুতনা মরম ওইদুনা চাউখৎলকপা অদু করি কান্নগবনো হায়দুনা হুল্লি; অদুগুম্বা মখলগী চাউখৎলকপা অদু মাঙখ্রসনু, পাইখ্রসনু হায়দুনা ওন্ননা খল্লি।

নংনা নাথৈদুনা ব্রাখল শেরান্ননা থঞ্জিল্লুবদগী কৰি করম্বা ফখ্রবা শক্তি অমা মাঙজখ্রবনো হায়না খঙজরকপা, অমনা থম্মোইদা মমি তাদুনা লৈরম্বা শেমগৎ-শাগৎপগী ব্রাখল অদু নিংশিংজরকপা অদুতনা মরাং কায়না পান্ননবগী, ইনিং-ইখা তম্নবগী, অমসুং অতৎপা লৈতনা ব্রাত্তনবগী ফজরবা লম্বী অমা ওইগনি।

অদুনা চুম্না লৈথোকপা য়াদ্রে; মরাং কায়না পানবা হায়বসি ওইদবা য়াদে হায়র্বসিনা পান্দমফম্নি। অসুম্না পেন্থোক্তুনা লৈথোকপা নত্তনা মরাং কায়না পান্নবগী ব্রাখলনবু তৎত্রবদি সোয়দনমক মদুদা চঙলিবা পোৎশকাশং অদু থেংনরক্কনি।

নিতিগী হিংবা পুন্সিদা থম্মোইদা মসিমদি য়েক্তুনা থম্বা তাই :- "ঐগী নুংঙাইজনবা, মায়পাক্লবা অমদি ঙমখৈ লৈতনা ইনাক খুন্নবা হোৎনবা অসি ঐগী হকনি। হোৎনরবদি পৈশাদি অথিংবা লৈতনা চেনশিল্লকই, মরাং কায়রকই, অতৎপা লৈতে।

মথক্কী ব্রাকোই কয়া কয়া পল্লুবগী মরু ওইবা ব্রা মচং মখৈ লৌখৎপা তারবদি — ঐখোয় শেল থুম অসি মরাং কায়না লৈতবা য়াদে, শেল লৈতনা হিংবা পুন্সিদি অরেম্বনি হায়না তাকপনি। মরম অদুনা মখাদা শম্পৎনা পীরিবা করোরপতি অমা ওইবদা চংবা, লমচৎকী তোপ তোপ্পা মগুন, মী মরক্তগী

মীথোই মীহেনবগী তোপ তোপ্পা মগুন তকক অসিদি মচংলে। তৌজিক মখাদা পীরিবা গুনশিং অসি নৈনদুনা য়েংশি :–

১। অতৈদগী হেন্দোক থোইদোকপা শক্তি লৈবা - মখোয়না পাযখৎলুবিবা থবক অদুতা খনগনি, পোৎথাবা ফাওবদসু অদুম খল্লি; চৎলে চৎনা, তূমলে তূম্না অদুম থবক্কুদা, ...

২। অচৌবা পস্তুংফম :- মীনা ইনশিনবদগী অপাম্বা পোকলকপা নত্তবা, কল্লক মিহৌবদগীসু নত্তবা, - পাম্মুবিবা অদু ঐগী দবকাব ওইববা অমা ওইবা, মদু নমদুনা পাংথোকহৌদবা যাদবা অমসু ওইবা, অর্মদি মদুতনা ঐগী শেমগৎ শাগৎপা অমা ওইগদবনি হায়বা পান্দমফম অমা ওইবা তাই।

৩। থবক্কু তৌবদা অবা অনা খাংবগী পাঙ্গল অদু লৈগনি হায়বা পুক্নিংগী ঈথিল অমা শুদোংথীববদসু, তপ তান্না ৱাববসু খাঙগনি হায়না অবেপ্পা লৈবা তাই।

৪। খ্বাইদগী থোক্তদোকপা অমনা ইশাবু চপ চানা থাজবা বাখল অদুদা নপতুনা খাওবা তাই, অতৈনা নোক্নববদসু হনযদে।

৫। পুক্নিংগী থকাশি খাসিদ লৈবা তাই; গাম্নমক হেন্দোকপা অবাংবা পুক্নিং নংত্রনসু খ্বাইগী ওইবা জ্বান্দা পুক্নিং ফাবা ঙম্বা অমসুং থৌদোক বাথোব পূম্বা চঙেৎনবদ নমথংবা ঙম্বা তাই।

৬। মপান থোংদা উৎপা মীথোই মীহেনবগী তোপ তোপ্পা মগুন অর্মদ চেনবা তাই। অদুগুম্ব মীওই অদুনা বাখল থক্তা থন্দুনা লৈথোকপাদ যাদ্রে; হেক্তা থবক্তা খুৎথাবা (এক্সন ওরিয়েন্টেৎ) অর্মদি ওইবা তাই। মী অদুদা যোৎচাবী ঙম্বা মী অতৈনু মাগী থবক অদুদা চিংাশনহন্নবগী অবাংবা গাক্কী শক্তি অমা লৈবা তাই।

# (৫৯)

# মতম পূম্বদা নাক-য়েৎ, মাং-তুং য়েংদুনা চৎথগনি।

ভগবান বুদ্ধনা তাকপীরম্মী :-"ময়াই ওইবা লম্বীদা চৎলু (গো টু মিডল পাঠ) অদুম্না শাস্ত্রদা লাওরি :- অচুম্বতা ঙাংগনি, অদুবু মীনা নুংঙাইরোইদবা লৈরবদি অচুম্বনি হায়দুনসু মদু ঙাংথোকফদে। (বদেৎ সত্যং, বদেৎ প্রিয়ম ন বদেৎ সত্যম অপ্রিয়ম।)"

আনন্দ কুমার রাজুগী মত মতুং ইন্না (রিডিং বিটু ইন দ লাইনস্) হায়বগী অর্থনা অতোপ্পা মীশিংনা করি খনখিগদগে হাযবা অসি চৎথরমদাইদা হেক হেক খনগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা নংগী থবক শুবা পান্নরিবা মপুদুনা অসুম্না হায় :- " ঐগী নুংশিরবা মীচমশা, নখোয়না খঙজরব্রা ? মদুদি - নখোয়গী থৌদাং নত্তবসু কম্পানি অসিনা শিঞ্জদুনা অদুম মমল কানা হিংজবা ঙমগনি।" হায়বসি। অসুম্না লাওরম্মী, "মসি তান চারুদুনা ঙাংবা অমদি থাগৎ ব্রাহৈ ফোংদোকপগী রাফম নত্তে। নখোয়না মসিবু চাউখৎহনবা ঙমদ্রবদি ঐখোয়দি নখোয়দা শাওবনা মৈ হৌরনি।"

মতম অসিব্রাইদদি থবক মপু অমসুং থবক শুরিবশিংগী মরক্তা ঙাংনশানবা অসি লুই; মপু অদুনা মনাই অদুবু থবক্তগী তানথোকলমদাইদা য়াম্না হৈ শিংবা অমা চংই। মতম অমদা নহা অমা নৌনা লৌশিল্লুবদা মতিক য়াম্না চাদ্রদুনা মপু অদুনা - "থোমাস ! খঙদ্রেদা, নং য়াওদনা ঐখোয়না করম্না থবক চল্লাইদৌরিবনো ? অদুমকপু নিংথৌকাবা নুমিৎসিদগী হৌনা ঐখোয়না অদুম চল্লাইবা তারেদনা। অনিমক গুৎ বাই তৌনরে। নহা অদুনা ময়ুমদা তমলুরে - মদুদা মাগী অহল লম্মন্না মাগী ব্রাঙাং তারগা, ফরে, ফবে, নংগী মেনেজরনা নংবু হৈনা থাদোকলকলবনি।

অমরোমদা অমুক- মেনেজর অমনা মাগী হায়বা ইন্দ্রবা মনাই অমা থাদোকখিবা তারবসু " টু হুম ইট মাই কোনসরন ... মাদি (মনুংদা য়াম্না লুদবা মনাই অমা ওইরবসু) চহি অহুমলোম অসি মানা থবক তৌরকপদা অকায়বা থোইনা লৈতে। ... ... মাবু থবক পীবিদুনা শেমগৎপদা থোইনা অকায়বা

লৈরোই ... অসিনচিংবা টেস্তিমোনিয়েল পীবা তাবনি। নত্তবদি মাগী ফারম অদুদা কনামত্তা লৈরোই মহাক নত্তনা।

ইমুংগী য়ুম্বান্নরিবা নিপা নুপী অসি থবক মপু থবক্কু শুরিবা মীওইগা লৈনবা মরীগুম্বনি। পোলিটিসিয়ান অমনা কোয়না চত্তুনা প্রজা মীয়ামগী মোৎ য়েংলম্মী। মানা সুম লাকপদা ইমুং অমাদা চংশিল্লকই, তাঞ্জা অদুদা ইমুংগী নুপী অদুনা থোংজাও হাংদোক্লগা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকই - "নং করি পাম্মী ?" মদুদা মানা – "অদোমগী নিপা অদুবু করম্বা পার্টিনো ?" নুপীদুনা মখুত্তু নিংজোল অনিদা থমলগা চুমদ্রিং লেপখত্তুনা খরা পোংলপ্লা খুম্মী -- "য়েংউ, ইবুংঙো ! নিংথিনা য়েংউ, ঐ' নিপাগী পার্টিদি "ঐ" নি।

মপা মমা ওইবশিংনা মচাগী মহৈ মশীংগী কার্ড ফংবদা মাংতুং য়েংবগী হৈশিংবা (রিডিং বিট্যুইন ড লাইনস) দরকার ওই। মতম অমদা নিপা মচা অমনা ইংলিশকী পরীক্ষা অমদা মানা মাগী নাক-য়েৎ সেন্টরদগী কোপী তৌই। মাগী অহুম্মক্তগী ওইনা শিনবা পাউখুম অদুদা ওজা অদুনা কোপী তৌই হায়বা ফাবা ঙমখিদে। অদুনা ওজা অদুনা মাগী রিপোর্ট কার্ড অদুদা অসুমনা ইরকই :- "নংগী নচা নিপাসি অসুপকী মতিক হৈশিংখ্রে, মদুদি মাগী মিৎয়েং অসি য়াম্না ফে; মাং তুংগী য়েংদুনা মখৌদা খুম্মাং চাওশিন্না চংশিল্লি।" সিনি মমৈদা মপা অদুনা তৌখিবা পাউ পূম্বা ফংখি; মানা মরাল লৈরবা ছাত্র অদুগা মতম শাংনা, চৈ ফাওবা শিজিন্নদুনা খন্ন নৈনরবা তুংদগীদি ছাত্র অদু মতুংদদি শিন-খোৎপা তৌদ্রে। মাগী মার্ক য়ামনা ফংজদ্রফাওবসু পুকচেল শেংবা মিংচৎ অদুদি সুম সুম হেনগৎলকখি।

অসুম্না খিত্তদা থৈ-থৈদুনা ঙাংনা শানবা অসিনা মীবু মপুক নাহন্দে। নুপী অমনা মাগী মরুপ নুপী অমগী মচা পোকফম হোস্পিটালদা অসুম ঙাইদুনা লৈরম্মী। মানা নর্স অদুদা টেলিফোন্দা হংঙি - "ঐগী মরুপ্তু অঙাং উনদ্রিবরা ?" – " এ, উনখ্রে; পুংমরুম ফারে।" – "অদুদি অঙাংদু নিপারা, নুপীরা ?" – " এ, অদুগুম্বা অচেৎপদুদি টেলিফোন্দা হায়দোকপা য়াদে।" তশেংনমকসু অঙাং অদু নিপা নত্তে হায়বা থি-হুমদুনা খঙলে। তৌবা মক্তবু "রিডিং বিটিউইন ড লাইনস" গী মোৎ অসি পুক নাহন্দনা চৎথনবগী ব্রাতানি।

লাইপোক্লুন্নবা মী মরক্তগী অথোইবা কয়ানা কুই-না নৈনরগা থবক ওইনা পাংথোকপদা মায় পাক্লবা পাউতাক কয়া, লশ্বী কয়া, লাইরিক্ত্া নত্তুগা খুদম ওইনা উৎপীরম্বগী শক্লোন কয়া থম্বীরমলবনি। মখোয়শিং অদু ঐখোয়না উরুরগা, পাদুনা খঙলুরগা অদুম পুকনুংদা থমজিল্লি, খক পায়খৎলুদে। মসিবু হায়বা ইন্দবা হায়বদু নত্তব্রা ?

গুরু নানক, মহাত্মা গান্ধিজি, যিশু খৃষ্টনচিংবা কয়ানা তত্তনা লাওবিরম্মী; অচুম্বতা চৎলু, অচুম্বতা খল্লু,ঈশ্বর হায়বদু অতৈ অমা নত্তে – অচুম্বা অদুমক ঈশ্বরনি। নখোয় নখোয়গী অপাম্বা অদুগী তুং-ইনগনু,শাস্ত্রনা য়ানরবা, মহাপুরুষশিংনা চৎনখিবা লম্বী অদুগী তুংইন্না চৎলু। “মহাজন যেলাগতাহ্স পন্থহ”। যীশুনা অসুম্না তাকপীরম্মী; “ হৌগৎলো ঐগী তুংইল্লু।” মসিদা ঐখোয়সে ঐখোয়গী হান্না ওইরমলিবা ফিভম লমচৎ পূম্বমক থাদোক্লুনা, ৱাখল অবানবশিং অদু হোংদোক্লুনা ঐখোয় হৌগৎলব্রা ? ঐখোয় মাগী তুং ইন্না চৎলব্রা ?

মীতোপ অমদা হংলুদনা ইশা-ঈশানা হংজরগা ইশা ইশানা পাউখুম পীবদুনি। ঐগী ইরান অমা মীনা থীন্দুনা তাকলকলগা - মী অদুনা খক চুমথোকপীরক্কবা লৈতে; ইশাগী ইরান ইশানা চুমথোকচগদবনি।

ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াদা, গীতা শাস্ত্রদা, অমদি গুরুনা তাকপা পাউতাকশিং অদু ইনগদবনি। ঐখোয় ইল্লিব্রা - ইন্দ্রবরা ? নির্তিগী তুমলমদাই মমাংদা, নোংমগী লোইরকপদা ইশাবু চুমথোকচনবা ডাইরী (রেজিস্তার) বুক অমদা ইথোক্লুনা পরিক্ষা লৌ, মদুতদা ঐখোয় অসে হায়বা ইল্লি ইন্দে হায়বদু খঙবা ওমগনি। অতৈদা নিন্দা তৌবনা কান্নরোই। নহাক্কী নশাবুসু নিন্দা তৌগদবা নত্তে; নিন্দা তৌগদবদি নংগী হায়বা ইন্দবা হায়বা অদুদা নিন্দা তৌ। খোংনা সুম চৎপদা খোংদা অনাবা অমা ফাওরকলবদি খোংউপ্তা তাইনরুন্নু, খোংউপ্তা য়োৎপী নত্তুগা তীংখংগুম্বা অমনা য়ুরকপদগী ওইরকপনি - সিনি।

## (৬২)

## মীওইনা পোক্লক্লিবসি অচৌবা থবক অমমমদংদি পাঙথোকলম্নবনি।

মাঙলমচত্তা পোকখিবা অচৌবা অহল লম্মন অমদি পণ্ডিত কয়ানা উরোং খিন্দুনা মীওইবা অমদি জীব কয়াগী সেবা কয়ামরুম পাংথোকপীদুনা অচম্বা মীওইশিংদা লমজিং লমতাক পীরম্মী মদুদি "মীওইনা পোকপা ! য়ামদ্রবদা সমাজগী কান্ননবা অচৌবা থবক অমমমমদংদি পাঙথোকলম্মু "। স্বামি বীবেকানন্দ মশামক্তা নৌনা হৌগৎললিবা অঙাংশিংদা থৌনা লিংজেল কয়া হাপকৎপীদুনা মরৈবাক নিংবা মচা ওইহনবিরম্মী।

মহাক্না লাওবিরম্মী :- থৌনা ফরবা অঙাংশা ! নখোয় নশা নশাদা পূম্নমক লৈরর্বনি। পোকপু পোকলকলবদি অচৌবা থবক অমমমদি পাংথোকলমগদর্বনি। হুইনাও মচাশিংনা খোঙবা ফাওবদা হেক্তা কিগদবা নত্তে; অদুম্না সোরারেনগী অখাক-অবাও ফাওবদা কিফম লৈতে, হৌগৎলু কিরুনু, থবক্তা খুৎ থাউ। ... অসিনি।

ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্না পামলিবদি - অকন অথৌনি, অকন-অথৌ ওইয়ু। লেঙলরোইদবা চিংদুম অমগুম্না খোংফম চেৎনা লেপ্তুনা লৈয়ু অচুম্বনা মতম পূম্নমক্তা জয় ওই। অদুনা অনৌবা থৌনা ফবগী ঈনোৎ অমগা অমুক ঐ-ঐগী শিংলিদা চেলহন্দুনা সমাজ সেবা তৌরমগদবনি।

থৌনা ফৌ, থৌনাতা ফৌ; মীনা শিরিবসি অমুক্তগী হেন্দে। অয়ম্বা মীতনা হন্না হন্না কয়ারক শিবর্নি। পাংদবা মীওইশিংসি তুক্কচনিংঙাইনি। থম্মোইগী থূপ্লবা কাচিন্দা থমলিবা খ্বাইদগী লুরবা ৱাখল অদু খল মান্ননা থম্মু. তহা-তহাগনু; করিসু লৈত্রবা অঙাং মচাগুম্না অমনা নংবু হুল্লগা ৱাখল চোইফদে; য়ানিংদবা, থৌশাদবর্গী মতৌ অদুতা উৎলু, অদুতা উৎলু। খুৎ থারুনু। পুক্লিংতদা চেৎনা থম্মু :- মিৎ অসে মশীং অনিনি, নাকোং অসে মশীং অর্নানি, অদুগনে চিন অসিদি মশীং অমত্তনি। খল্লু, তৌগে হায়না লেপখ্রবা থবকশিং অদো পাংথোকপতদি চাউববা য়ৈখাই থিনগাইবা কয়া থেংনখ্রবা তুংদা

পাংথোকলকপা ঙাক্তনি। অদুনা নংগী নিপা থোকপা শক্তি অদুতং থাদোকলকউ; তুকচরবা মীওইশিংনা কন্না পামজদুনা সনা-লুপাগী মিকাবদা তাউথরিবা অদু থৌওইনা তৌরুনু, নংগী লেপকদবা অদুদা চৎথৌ।

মরুপ মপাংশিং! অদোম্মু কপহল্লিবা অদু কনাননো? অদোমদা শক্তি পূম্নমক লৈরিবনি। নংঙোন্দা লৈবা শক্তি পূম্নমক্না তিল্লবা, মহৌশাগী ওইজবা পোৎলমশিংবু লাকশিন্নবা লৈরিবা নিয়মশিং অদুতা থৌদোক পীরকউ, অদু ওইরবদি, হে কল্লবা শক্তি চেল্লবা মী! পৃথিবী পূম্বসে নংগী নখোঙদা লৈরগনি। ব্বায়েল থৌদাবিরগদৌরিবা অদু নহাক নশা অদুনি, অতৈনা নত্তে। অপঙবা মীওইশিং অদুনি – "শোল্লবনি, গতি লৈত্রে উপায় লৈত্রে, শোল্লবনি ঐখোয" হায়দুনা মিত্তা পীদাবমখৈ, মখোয়গী মশা-মশাদুবু পাঙদ্রে হাযনা ফোংদোক্লুনা কোয়লাও লাওবিবসি।

ঐখোয মীওইবা জাতিনা পামলিবদি অযম্বা অদু নত্তে; মথৌনা ফুদোকলকপা ঙম্বা, বৈজ্ঞান্নিকী লম্বীদা লাইপোকুম্বা মীতা অদুনি। জ্ঞান, বিজ্ঞান, ধর্ম্ম খুৎশম্মনা চৎপা পাম্মি। ঐখোযনা পাম্মী থম্মোই ব্বাংবা, মহৌশাগা মান্নদবা কা-হেনবা থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা, অমসুং ঙমখৈ লৈতনা য়াম্না থব্বাই য়াওবা অমদি ঙমগে তানবদা অহনবা লৈতবা অদুগুম্বা মীশক্ত পাম্মি। মদুমক্কি থবক্কী মী হায়নরিবদু মদুমক্কি - নোংশাগী থম্মোই চেনবা মী হায়নরিবদু, মদুদি :- লল-থুমগী লাইরেম্বীমক্না অতৈ নাম্হোকনবা উপায় লৈরক্লদুনা অদুগুম্বা মীশক অদুতদা থৌজালবিবকই। তুংদা অমুক য়েংলুবগী কান্নদ্রে, ঐখোয়না পাম্মি – ঙমখৈ নাইদ্রবা থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি চেনবা, ঙমখৈ নাইদ্রবা থব্বাই য়াওনা নিংজবা, ঙমখৈ নাইদ্রবা থৌনা ফবা, অমদি ঙমখৈ লৈতনা অখাঙ কনবা – মদুতদনি, অচৌ অচৌবা থবকপু পাঙথোকপা ঙমগদৌরিবসে।

পাঙ্গল কল্লিবদু হিংলির্বনি; পাঙ্গল অশোনবা অদুবুনি শিবা হায়বিবসি। পাঙ্গল কনবদি নুংঙাইবা (অশির্ব্বাদ ফংলবা) হায়বদুনি, অশোনবনা পুক্লিংদা য়ামনা ব্বাদুনতা লৈবা অমসুং লাইবক থীবা হায়রিবদুনি। অশোনবদি শিরবনি অদুনা অঙাং ওইবিবৈঁদগী হৌনা অওইবা, পাঙ্গল কনবা, অমসুং তেংবাংবগী ব্বাখল্লোনতনা থন্না চেল্লবা ব্বাখল (পুক্লিং) তনা থোপ অসিদা চংহল্লু। পাঙ্গল

অদুনি দরকার ওইবিবদি। পাঙ্গল অদুনি জগৎকী লায়নাশিংগী হিদাক হায়রিবদু। পাঙ্গল অদুনি - লায়রবশিংবু ইনাকখুনবশিংনা ওৎ-নৈবীরবা মতমদা কনগদৌরিবা হিদাক্তো। পাঙ্গল অদুনি -জ্ঞান লৈবশিংনা অপংবা মীওইশিংবু নৈহৎপীরবা মতমদা থাগদৌবিবা হিদাক অদো। পাপ চেল্লবা লৈঙাক মপু কযানা পাপ চেল্লববু ওৎপীববা মতমদা থাগদবা হিদাক্তী পাঙ্গল কনবা অসিতননি।

"লেপখৎলু, থৌনা ফৌ, পাঙ্গল কল্লু, তৌবা তাববা থৌদাং খুদিংমকপু নং নশাগী নাবেংবান্দা হাপকৎলু। অদুগা মসিমদি খঙ্, নংগী পন্থুংফম য়ৌনবা শেমবীগদৌবিবা অদু নহাক নশাদুমক্লনি। পাঙ্গল পূম্নমক, অদুগা অব্রা অনা তাববদা তেংবাংবিবগদবা পূম্নমক অদু নশাদা অদুম লৈববনি। মবম অদুনা নংগী তুংগী পূম্নমক অদু নংনা শেমজৌ।

মীওইনা পোকপাদ অতাঙবা মপোক্লি, মনুং অমসুং মপালগী ওইবা মহৌশা (প্রকৃতি)গী মথক্তা লৈনবা অদুপকী মতিক কন্না লান শোক্লবিবমখৈ মীদি মী অদুম ওইদুনা লৈগনি - সিনি। মপানগী ওইবা প্রকৃতিবু জয তৌববদি অফবা অমদি মগুন লৈবা ওইগনি। অদুগা মনুংগী ওইবা প্রকৃতিবু জয় তৌবা ঙমলগদী অমুক্কা হেন্না মগুন চেনগনি। থৌব্রানমিচাক অমদি গ্রহনচিংববু সাসোন তৌবিবা অদুগী আইনাশং অদু খঙবদা অচৌবা অমসুং অফবা ওইগনি। অদুবু পুক্লিংগী থিংবা ঙমদবা ঈহৌ, পুকচেল, অমদি মীওইবগী পুক্লিংনা নিংদুনা খুদুম চনবা ঙম্বগী আইন অমদি সাসন অদুমক খঙবনা অমুক্কা হেন্না ফবা অমদি অচৌবা ওইগনি।

শমলপ্পদা হৌজিক্কী মীওইসি - য়োৎকী তোংশা, য়োৎথৌগী শিংাল য়াম্না চাওববা পুক্লিংগী ঈহৌ চেনবা মীতা ওইবা তাই। অদুতদা মনুংগী ভাব খঙদদুনা লৈবিবা অঙকপশিং অমসুং সৌর জগৎকী অবোনবা কয়াবু খঙনবা হোৎনবদা সমক্র মনুং ফাওবা চংশিনবা ঙম্বা, অমসুং শিববু মায়যোক্লবা ঙম্বা অদুগুম্বা মীতা অমা দরকার ওই।

# (৬৩)
# মীগী থম্মোই জয় তৌববু, মায় পাকপা (কঙ্করর) হায়বদুনি।

অফাওবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী। মানা শগোল তোংদুনা প্রজাগী ফিভম য়েংবা কোয়বা চৎলম্মী। উমং ফাওদুনা সুম লাকপদা যোগী খরনা নিংথম থাগী ঈংবনা থ্রক থ্রক নিক্লুরবা মতম অদুদা ধর্ম্মগী থৌরম খরা পাঙথোক্লুবা তৌরম্বদু থেংনরুরে।

যোগীশিং অদুনা ইন্ননবা ফি অমত্তা য়াওদনা ঈরাৎ পূজা তৌরম্বা অদুদা, নিংথৌনা মনাইশিংদা অরুম্বা ফি-রোল খরা পুরক্লুনা মখোয়গী অইংবদু কোক্লুবা পীযু হায়না হুকুম তৌখ্রে। যোগীশিং অদু থৌওইনা তাদে-উদে; মখোয়গী পূজা, মন্ত্রনচিংবা অদু থীদুনা অদুম লৈখি। নিংথৌনা – "নখোয়গী নিংথম্বদু কোক্লুবা ঐনা ফি খরা পুরকপনি, লৌবিয়ু।" – মনা চুংদে; - অদুগা হায় ; "ঐখোয়না নফমদা করিগুম্বা খরদং তেংবাংজবা য়াগদ্রা ?"

নিংথৌদু ঙকখি, শাওরংননা তূমিন্না ফমদুনা লৈখ্রে। অদুগা হায়, -- " ঐ লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। নখোয়না ঈংনা লৈরম্বদু উবদা অরুম্বা ফি পীগে হায়বনি; ঐদি নখোয়দগী করিসু পামদে।"

যোগীশিংদুনা - "ও ! লৈবাকসিগী নিংথৌ ওইরে। মীনা হায়নবা - অপীক - অপীকপা লৈবাক কয়া ওৎ-নৈবিরগা লৈবাক জয় তৌই হায়বদু নং ওইরেকো। নংগুম্বা মীহাৎ মীপুন তৌবা রোব্বর অমনা মীবু জয় তৌবা, অমদি পীথোকপা (দান ধর্ম্ম তৌবা) করম্না ঙমগদৌরিবনো ?

নিংথৌদু মরু লুকথদুনা লৈখি। অমুক্কা যোগীশিং অদুনা শমথখি :- "নংনা মীগী থম্মোয়বু জয় তৌবা ঙমলবতদা মপূং ফানা মায় পাকপা (কঙ্করর) হায়বদু ওইগদবনি। ঐখোয়গীদমক্তদি করিসু পামদ্রে; খরা লৈজরিবা অসিনা পেঞ্জরে। ঐখোয়গীনি হায়না খরদং শেংনা লৈজরিবশিং অসি ফাওবা নংনবু পাম্লবদি ঐখোয় কৎথোক্কে, পাম্বীব্রা ?

ব্রাঙাংশিং অসি তাবদা নিংথৌ অদু পূমণ্ডক ঙকখি। অসুম্না যোগীশিংগী পাউজেল অদু পুরদুনা মাগী কেল্পদা হল্লকখি।

## (৬৪)
## পুন্সি হায়বসি থবক্কী পরিং অমনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী হিংদুনা লৈরিবা পুন্সি অসিদা শিন্দোক্তুনা য়েংলবদি থবক মখল কয়ামরুমনা শাংলবা পুন্সি অমা শাগৎলি। থবক মখলশিং অদুদি :- হকচাংগী পাঙ্গলনা শু-নোম্বা, ব্রাখল খন্দুনা শুবা, পুক্লিংনা নিংশিংদুনা শুবা, ব্রাখলগী ঈনোৎ অমদগী শুবা, (নত্তুগা বুদ্ধি তানা খল্লগা শুবা) ... অসিনি।

ফম্বা, চৎপা, হিপ্পা, ... অসিবু পাঙ্গলনা শুবা থবক কৌই।

থম্মোই অসিনা ফন-ফন চোংলকলবা মতমদা মিহুল অসিনা হুল্লকই। চিঙ্গাক খরদং হেক চাবদা তুম্নবগী থবক অদুনা ঈশা খঙহন্দনা মথৌ হেক্তো তৌরকই। অসিগুম্বা মখলগা থবক অসিবু মরোমদোম তৌজবা থবক হায়বদুনি। ঈশানা খঙনা তৌবা অর্মদি মরোমদোম তৌজবা অনি অসিনা পুল্লগা হকচাংগী থবক কৌনৈ।

ঐখোয়গী ব্রাখল অসিনা তৌবা থবক কয়ামরুম অমসু লৈরি। মিৎ অসিনা ঘড়ী য়েংই, নাকোংগী মতেংনা ঈশৈ তায়, লৈগী মতেংনা অহাও হাওতগী মহাও তংই, লৈ-শুগী মনম নুংশি-নুংশিদে হায়বা নাতোন্না তৌই, খুৎনা (উনশানা শোক্তুনা) নানবীদুনা হুইবু নুংশি হায়না ফোংদোকই। অসিগুম্বা ইন্দ্রি মঙাগী থবক অসিবু জ্ঞানগী ইন্দ্রি হায়নসু খঙনৈ।

অসি নত্তবা শিংলি অসিদা চেল্লগা তৌবা থবক মঙা অমসু লৈরি। মখোয় অদুদি :- (১) সেবা তৌবগী থবক, (২) খোংনা চত্তুনা তৌবা থবক, (৩) ব্রা ঙাংদুনা তৌবা থবক, (৪) হকচাংদগী মাংথোকখিবা (চৎখিবা)... থবক, (৫) পোৎশক লৈরমদবদগী লৈহল্লকপগী থবক ... অসিগুম্বা মখল তরা অসিনা পুল্লগা অমুক (১) জ্ঞান ইন্দ্রিগী থবক (২) কর্ম্ম ইন্দ্রিগী থবক

হায়নসু কৌনররে। জ্ঞান ইন্দ্রিগী মতেংনা ঐখোয়না পৃথিবী অসিগী ৱাংমদ করি ওইবা হায়বা ফাওবা খঙনবা হোৎনরি। কর্ম্ম ইন্দ্রিগী থবকনা - খোং, খুৎ ... নচিংবনা তৌই।

পুক্লিংগী থবক্লা - পুক্লিংদা খল্লক খল্লকপদু (হায়বদি) চা থকনিংঙৈ খনবদা থকপগী থবক্তু তৌই। অসিগুম্বা পুক্লিং অসিদা অতোপ্পা কাখল অমস় লৈরি। মদুদি - নুংশিবা, থৌজাল হৈবা, শাওনিংবা অসিনচিংবগী কাখলশিং অসিনি। মখোযশিং অসিনা পুক্লিংগী ঈহৌ হায়বা কাখল অদুদগী থোকলকপ থবকনি।

খঙহৌ হৌবকপা বুদ্ধিগী থবক হায়না কৌবা অমনসু থিজিল হুর্মজিন্নিংবগী থবক্তা হৌজিক কন্না চৎথরকলি, মদুদি :- টেলিভিজন হাযবসিন করিনো ? মানা করি কমদৌনা চৎথরি; থৌৱান মিচাকশিং অসিনা করিনো ? কবম্না লৈরিবা ... অসিনচিংবগী থিজিনবা থবক অসিদা কন্না চৎথরকলি, মসিনি বুদ্ধিগী থবক হাযনরিবদু। মসি পুম্বসি পল্লুবগী মবমদি হকচাং ফবদা লৈরে তাকপনি। হকচাং ফনবগীদমক্তা ওইবা থবক থাদোকপা য়াদে। অচুম্বা পুন্সি হায়রগা থবকপু খঙনৈ। অদুনা পুন্সি হায়বসি থবক্কী পবিং অমনি।

